# হিন্দুস্তানী ম্যুজিক

অইবা :—
শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহ
বি, ম্যুজিক (ভোকেল এণ্ড ভাইওলিন)
লক্কচরম্ম :— গোভর্ণমেণ্ট ম্যুজিক কলেজ, ইম্ফাল।

পুম্নমক অইবগীনি

কোংজবী :—

এম, ওংবী নলিনিবালা দেবী

অহানবা কোংবা, [illegible]




কপী মশিং ১০০০

মমল লুপা ১৫/-

কোভর ডিজাইন

এন, জোন সিংহ, মোইরাংখোম

---

ছাপা নম্ফম :— নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস

পাওনা বাজার, ইম্ফাল।



শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহ

লেকচরর :—

গোভর্ণমেণ্ট ম্যুজিক কলেক,

ইম্ফাল।

# " কচ্চবা "

হে ইমা অপোকপী ইমা
পলেম কোলোই মুংশিবী
কৌবদা পেনবা নাইদবী
লৈপাক লৈমা কৌজবী
পুকচেল ভপ্পী ইমা ও : !
কচ্চরিম্রে নচানা
"হিন্দুস্তানী ম্যুজিক" কৌবা
লাইরিক মচা অসিমতং
ইমা নংগী নফমদা।
পেনবী হৈবী ইমানা
লাই লৈপাকী লমদমদগী
মীরম লেন্দা লাক্লুনা
নচা ঐনা কচ্চবা
সঙ্গীতকী পিক্লবা লাইরিকসে
মোমোন-মোমোন নোক্লুনা
লৌবীয়ুকো তরাম্না।

এম, কুমার



# পাঙজেল

ভারতদা নত্তনা পৃথিবী পুম্বগী ওইনা হিন্দুস্তানী সঙ্গীত অসি অরাংবা থাক্তা লৈ হায়বসি মীপুম খুদিংনা য়ানরবা য়াফমনি। শাস্ত্র সঙ্গীতকী জ্ঞান লৈরবদি সঙ্গীত খুদিংমক খংবদা লাইনা থোকই ১সুং সঙ্গীত অহুব্র মপুং ফাহনবদা খুদোং চাই।

মণিপুরদসু সঙ্গীতপু নৈনরিবা অমদি তমথংলক্লিবা ছাত্র-ছাত্রি অমগি পামজবা মীওইশিংনা হিন্দুস্তানী সাস্ত্র সঙ্গীতপু খংবা হায়বা অসি তঙাই ফত্রবনি। থোইদোক হেন্দোক্না করিগুম্বা হিরম অমা কুপ্পা মৈনবদা ইমারোল্দা থম্ন-নৈনবমা মীয়ামগী ওইনা মপুং ফাবা খুদোংচাবা হেন্নি।

শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহ, লেখক, অসিনা ইমারোলদা "হিন্দুস্তানী সঙ্গীত" কৌবা লাইরি অসি ইহুনা ফোংবা অসিনা ইরমদম অসিদা লৈরিবা সঙ্গীতপু পামজবা মীওইশিংদা খরদং ওইরবসু কান্নবা পীরগনি।

শ্রীঐচঃ সনায়াইমা সিংহ
ডিপুঃ স্পিকর,
মণিপুর লেজিসলেটিভ এসেনব্লী,
মণিপুর।

তাং ১৭।৩।৮৯ ইং



# " পাওজেল "

শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহনা ইবা "হিন্দুস্তানী ম্যুজিক" কৌবা লাইরিক অসিনা, ভারত পুম্বগী ওইনা চংনরিবা সঙ্গীত কলা অসিবু পামজবা মণিপুরগী মীওইশিং অমদি ছাত্র-ছাত্রিশিংনা ইরোন্দা পাত্নুনা খংজবগী খুদোংচাবত্নু ফংলগনি হায়না থাজৈ।

শ্রীডা: নিমাইচান্দ লুৱাঙ

ষ্টেট মিনিষ্টর

তাং ২৭।২।৮৯ ইং — মেদিকেল এণ্ড পিঃ এইচঃ ইঃ ডিঃ

# প্রেসকার

শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহ হেড ওফ দিপার্টমেণ্ট ভাইওলিন জিঃ এমঃ সিনা সঙ্গীতকী মরমদা ইরিবা হিন্দুস্তানী ম্যুজিক কোবা লাইরিক অসি মওং তানা নিংথিনা হৌজিক্কী মতম অসিগা চুনরবা মওংদা হিন্দুস্তানী পদ্ধতিগী মতুংইন্না চৎনরিবা রাগ, স্বর, শ্রুতি অমসুং তোঙান তোঙানবা তান্নচিংবগী খেৎনবা অহু মরিক চুম্না পুথোকই। মসিনা ঐখোইগী লৈবাক্তা ছাত্র ছাত্রিশিংদা অরাৎপা কয়া লৈরিবা অসি লাইরিক অসিনা কান্নবা পীরগনি।

ঐখোয়গী ইমা লোন্দা অসিগুম্বা সঙ্গীতকী লাইরিক অসি ভাতখন্দে সেলেবসকা চান্ননা ইবা মরম্না নোনা হৌরক্লিবা সঙ্গীতপু পামজবা নহারোল অমদি ইরমদম অসিগী শোৎথরিবা সঙ্গীত কলা অসিবু য়োকথৎপদা থরমথৈদি কান্নবা পীরগনি।

শ্রীশগোলশেম মিথাইলান
প্রিন্সিপাল গোভঃ মিউজিক কলেজ,
ইম্ফাল।

তাং ১৮। ২। ৮৯ ইং

# থোগৎ বা

শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহনা ইবা হিন্দুস্তানী ম্যুজিক কৌবা লাইরিক অসি পারে। লাইরকি অসিগী ভোল্যুম পিকচরবস্তু হিন্দুস্তানী সঙ্গীতকী মরমদা খংবদা কান্নরবা শ্রুতি, স্বর, নাদ, ঠাট, রাগ, রস অমদি মরুওইবা পুংগী তোঙান তোঙানবা ঠেকা কয়া ময়েক শেংনা উংলি। থোইদোক হেন্দোক্না লেখক অসিনা মহাক্কী লাইরিক অসিদা ভাইওলিন (যন্ত্র) বু তমখৎলক্লিবা ছাত্র-ছাত্রিশিংদা কান্নগদবা মচাক কয়ামরুমস্তু য়াওরি। লাইরিক অসিদা নোতেসনগা কোন্ননা য়াওরিবা পেত্রিওতিক অমস্তুং রাস্ত্রিয়-গীত অসিনা সঙ্গীতকী ছাত্র-ছাত্রিশিংদা নত্তনা স্কুলগী ছাত্র ছাত্রিশিং অমদি অঙাংশিংগীদমক্তস্তু য়াম্না কান্নগনি।

নহা ওইরিবা লেখক অসিনা লাইরিক কয়া পাক্হনা অমদি গুরুশিংদা হংজ-থিজহনা য়াম্না রানা সঙ্গীতকী লাইরিক অমা ফোংবা ওমজবা অসি ঐহাক্কী থম্মোইদা য়াম্না নুংঙাইবা অমদি অপেনবা পোকই। মহাক্না মতুংদস্তু লাইরিক কয়া ইহনা অমস্তুং ফোংহনা মৈতৈলোনগী সঙ্গীতকী পুক্কৈদা অওম্বা দান তৌবা ওম্বা ঈশ্বরনা অশীর্ব্বাদ পিবিবা ওইসনু।

শ্রীহাজারিময়ুম মধু শর্ম্মা
সঙ্গীত প্রবিন প্রিন্সিপাল
কলচরেল ত্রেনিং ইনস্টিটুট,
ইম্ফাল, মণিপুর।

তাং ২৭।২।৮৯ ইং

# রাহে থরম্দং

মণিপুরগী পরম পরাদগী হৌনা ঈরোও কাওনা চেন্থরক্লিবা সঙ্গীত কলাগী ঈহৌনা ঐখোয়গী থম্মোইদা হর্কচিন্না লৈরক্লবনি হায়বসি থানবা য়াত্রবা রাফম্নী। অতুম ওইনমক মণিপুরগী পাক চাউরবা সংস্কৃতিগী পুক্কৈদা হিন্দুস্তানী সঙ্গীতকী কিরেণ করিনো হায়গসিদি হৌজিক্কী মীরোন্না অতংপা লৈত্তনা থিনরক্লে অমস্তুং পাম্নরক্লে। মত্তাং অসিদা ঐনা পঞ্জনিংবদি হিন্দুস্তানী সঙ্গীতকী মরুওইবা লাইরিক অয়াম্বা হিন্দা অমদি সংস্কৃত লোন্দা ইবা মরম্না হায়রিবা লোন অসিবু নিংথিনা থংদবা ছাত্র-ছাত্রীশিংনা সঙ্গীত-কালা অসিবু নৈনবদা অমদি পরিক্ষা থাবা মতমদা থরা রানা থোকই মরম অসিনা শ্রীমোইরাংথেম কুমার সিংহনা "হিন্দুস্তানী ম্যুজিক" কৌবা, ইশৈ অমস্তুং তাইওলিন পামজবা ছাত্র-ছাত্রিশিংগী, রাগ স্বর শ্রুতিনচিংবা থংনবা, লাইরিক অসি ইছুনা ফোংবা অসিনা কান্নবা ফংলগনি হায়না থাজে অমস্তুং মসিনা ইরোন্দা ইবা সঙ্গীতকী সাহিত্তাগী অরাংপা থরমখৈদি মেনথংলগনি।

শ্রীলাইশ্রম ইবোপিশক সিংহ
সেনিয়ার লেকচরর, (বিঃ ম্যুঃ ভোকেল)
গোভর্ণমেন্ট ম্যুজিক কলেজ।

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

ঐনা লাইরিক অসি ইজবগী মরমদি ঐখোয়গী মণিপুরদা হিন্দুস্তানী ক্লাসিকেল মুজিক্কী মরমদা ইমালোন্দা। ইবা লাইরিক অসি মশিং খরা ৱাংনা লৈবা উজবদগী সঙ্গীত বীদ্যা অসিবু পামজহুনা তমথৎলক্লিবা ছাত্র-ছাত্রিশিংনা ইরোন্দা পাহুনা থংজবগী খুদোংচাবা অহু খরদং ফংগদ্রা হঞ্জুন অমদি সঙ্গীত কালা অসিবু থরদং ফোংদোকচবা পামজবদগী বোর্ড ওফ সেকেন্দরি এডুকেসননা ফোংবা ক্লাস নাইন ১সুং টেন গী সেলেবসকা চান্ননা লাইরিক অসি ইজবনি। লাইরিক অসি ইনবা হোৎনবদা সঙ্গীত বীসারদ, সঙ্গীত কৌমুদি, সঙ্গীত কাম্নীনি, সঙ্গীত রত্নাকর, সঙ্গীত আর্চনা, সঙ্গীত সাস্ত্র, সঙ্গীত সাগর, অমদি হেহলা বিদান্নচিংবা লাইরিকশিং অসিগী মতেংদগী ইজবনি।

লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা মণিপুর সরকারগী লোইশং (বিভাগ) আর্ট অমসুং কলচর, লোইননা ঐচঃ সনায়াইমা সিংহ, ডিপুটি স্পিকর, মণিপুর লেজিসলেটিভ এসেম্বলী, ডাঃ নিমাইচান্দ লুৱাং, ষ্টেট মিনিষ্টর মেডিকেল হেলথ, এণ্ড F. W. P. H. E ১দি সিঃ ঐচঃ রনজিৎ সিংহ, জুনিয়র লেকচরর ভাইওলিন জিঃ এমঃ সিঃ ১দি এলঃ অমুচৌবা সিংহনা চিংসনা শেলগী মতেং পীবিরকথি।

ইকাই খুম্নজরবা সিঃ সোম্বোরেন্দ্র সিংহ ইয়াম্বা অসিনা লাইরিক অসি ইনিংবা পোক্নবা অয়াম্বা পুক্লিং থৌগৎপীবগা লোয়নন্না

লাইব্রিক অসিগী মমিং হিন্দুস্তানী ম্যুজিক হায়না থোনবীখি। লাইব্রিক অসি ইবা মতমদা শ্রীলোইতোংবম গোপীমোহোন সিংহ ওঝা অসিনা ব্রাহৈ-ব্রাতা অমদি বনান্নচিংবা অয়াম্বা মতেং পাংবীদুনা লাইব্রিক অসিব্ মপুং ফাহনবীখি।

লাইরিক অসিদা মতেং পাংবীরকখিবা পুন্নমক্তী মফমদা ইকাই খুম্নবা উৎচনগা লোইননা ঐগী পুন্সিনা শিংওম্নরোইদবা লমন অমা ঐঙোন্দা তোনশিঞ্জরে। ঐগী পুন্সিদা লাইব্রিক অসিনা অহানবা ওইনা ইজবনি। লাইরিক অসিদা অশোইবা অৱানবা কয়া য়াউরবসু অহানবা ফোংবনি খনবীদুনা পাবীরিবশিংনা ঙাকপীগনি অমসুং অশোইবা অরানবা অদু তাকপীয়ু হায়না ফিগাও শানা য়াজরি।

অইবা

# য়াওফম তাকপা

# চুমথোকচবা

| লমাই মশিং | পরেং মশিং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ১ | ১২ | শ্যাত্রগী | শাস্ত্রগী |
| ১৫ | ১৫ | ব্যাংক্যাতমশিংনা | ব্যাংক্যাতমখিনা |
| ২৫ | ২০ | ছুশুন | ছুশুন |
| ২৯ | ১৭ | তা-সিনা | তা-গিন |
| ৩৬ | ১৯ | হুজিন্না | থুজিন্না |
| ৪৩ | ১৯ | Nick | Neek |
| ৬০ | ৯—১০ | তৌর্ব | তীব্র |
| ৬১ | ৩ | রে | রে |
| ৬২ | ৬ | পঞ্জম | পঞ্চম |
| ৬৩ | ১২ | লোয়দা | লয়দা |
| ৭০ | ৮ | সা | ম |
| ৭১ | ৯ | মনি | মঁমি |
| ৮৬ | ৪ | রে | রে |
| ৮৭ | ১৬—১৮ | ম, নি, ম | ম, নি |

# হিন্দুস্তানী ম্যুজিক

## "সঙ্গীত"

'গায়ন' ঈশৈ শকপা, "বাদন" খোংবা য়ৈবা, "নৃতন" জগোই শাবা, অহুম অসিনা পুল্লগা "সঙ্গীত" হায়বা অসি ওই, হায়বদি "সঙ্গীত" কৌই। মরুওইনা শকইবা ঈশৈ অহুগী লোই কায়দনা তাল নাইনা ছন্দ উচারোন অমসুং শারিবা জগোই অহুগী ভাব কাইহল্লোইদবনি।

ঈশৈগী মথংদা য়ৈবা খোংবা, য়ৈবা খোংবগী মথংদা জগোই শাগনি। মরম অহুনা ঈশৈনা প্রধান (মপুং) ওইনা লৌনৈ। ঈশৈ শকৃপা মতমদা জগোই শাবগুম্না খুং হায়হুমহুনা পুং য়ৈবা খোংবগা লোইননা ঈশৈ শকই। মরম অহুনা ঈশৈতবু "সঙ্গীত" হায়নসু কৌই।

### "নাদ"

সঙ্গীত শাৎত্রগী মতুংইনা মীওইবগী থরাই ওইরিবা "মৈ" অমসুং "হুংশিং" অনি অসি পুল্লগা "নাদ" শেম্মী। মসিবু "নাদ" কৌই। মসিবু মীওইবগী হকচাংদগীসু পুথোকই।

"সঙ্গীত রতনাকরগী মোৎ মতুংইনা "নাদ" কী মরমদা অগুম্না হায় মহুদি :— সঙ্গীতকী মরুওইবা খোঞ্জেলবু "নাদ" কৌই।

"নাদ" কী মরমদা জাতি অসি মথল অনি থোক্না থাইদোক্লম্মী। মহুদি আহত অমসুং আনাহত অনি অসিনি।

## আহত-নাদ

করিগুম্বা পোৎ অনি তক্লহুনা নত্রগা পুন্সিহুনা থোক্লকপা, নাকোংনা তাবা ফংবা অহুগুম্বা খোঞ্জেল অহুবু 'আহত-নাদ' কৌই। অসিগুম্বা "নাদ" অসি সঙ্গীতকা য়াম্না মরি লৈনৈ। অসিগুম্বা সঙ্গীতকা মরি লৈনবা "নাদ" অসিবু "আহত-নাদ" নি হায়না লৌনৈ।

## আনাহত-নাদ

করিগুম্বা পোৎ অনিনা তক্লদনা হায়বদি থেংনদনা (শোক্লদনা) থোক্লকপা খোঞ্জেল অহুবু "আনাহত-নাদ" কৌই। মহুদি এখোয়না নাকোং অনি অসি মেনশিন্দুনা য়েংবা মতমদা ঙ্ং ঙ্ং ঙংবা অমদি স্বাই স্বাই লাউবা খোঞ্জেল অমা তাবা ফংই। অসিগুম্বা মখোল অসিবু থাইনগী মুনি ঋষিশিংনা "আনাহত-নাদ" নি হায়না নিংনরম্মী। হায়রিবা "নাদ" অসি স্থংশিবা য়াউদবনা মরম ওইহুনা নমশিন্দুনা থম্মী। "আনাহত-নাদ" সঙ্গীতকা মরি লৈনদে; হায়বদি "আনাহত-নাদ" কী মফম অসি সঙ্গীত্তা লৈতে।

"নাদ" কী মরমদা মথল অহুম থোক্না অমুক্লসু থাইদোকপা য়াই মহুদি:—

১। "নাদ" কী অৱাংবা অমসুং অনেম্বা (Pitch)

২। "নাদ" কী অচৌবা অমসুং মচা (Maginitude)

৩। "নাদ" কী জাতি (শম্নগৈ) অমসুং গুণ (Timber) অসিনচিংবা অসিনি।

"নাদ" কী অৱাংবা অমসুং অনেম্বা (Pitch):— "নাদ" কী অৱাং অনেমগা সেকেন খুদিংগী অন্দোলন (Vibaration) গা য়াম্না মরি লৈনৈ। মতুদি অন্দোলন অসি অশুক্কী মতিক য়াম্লিবমখৈ খোঞ্জেন অসি অশুক্কী মতিক অৱাংবা নাদ ওইগনি। অতুগা Vibaration অসি অশুক্কী মতিক য়ামদ্রিবা মখৈ "নাদ" অসি অশুক্কী মতিক নেমগনি। "নাদ" গী অচৌ মচাগী মৱমদদি Vibaration গা মরি লৈনদে। করিগুম্বা 'নাদ' অমা অচৌবা ওইবা য়াই মচা ওইবা য়াই অতুবু অৱাং অনেমগদি মরি লৈনদে।

"নাদ" কী অচৌ-মচা (Maginitude):— করিগুম্বা খোঞ্জেন অমবু ঐখোয়না য়াম্না হৌনা নত্রগা তপ্না হায়বা য়াই। য়াম্না কন্না হায়বদি হৌনা হায়বা খোঞ্জন অতুবু ঐখোয়না য়াম্না লাপ্না তাবা ঙম্মী। অতুগা য়াম্না তপ্না হায়বা খোঞ্জেন অতুবুনা নক্না ইনাক্না লৈবা মীতমক তাবা ফংই। তোইগুম্বসুং নক্না তারবসু নত্রগা লাপ্না তারবসু অনিমক অসি "নাদ" নি। মৱম অতুনা "নাদ" কী অচৌ মচা অসি কন্না অমসুং তপ্না হায়বগী মওং অসিনা খাইদোকই।

"নাদ" কী জাতি অমসুং গুন (Timber):— 'নাদ' কী জাতিনী মৱমদা ঐখোয়না ইরাই লাইনা খংবা ঙমই। মতুদি তোঙান তোঙানবা যন্ত্রসিংগী ভোঙান তোঙানবা খোন্থোক্কী মতেংদগী খংই। অতুগা অমনা করিগুম্বা মীগী খোঞ্জেনগা যন্ত্রগী খোঞ্জেনগা তোঙান তোঙান তাবগুম "নাদ" গী জাতি অমসুং গুণ অসি খায়দোকই।

## "স্বর"

পিক্লবা খোঙ্গেন অমবু স্বর কৌই। তৌইগুম্বম্সুং হায়রিবা খোঙ্গেন অছু করিগুম্বা য়্রাংখৎলবা অমসুং মখাদা নেমৎথরবস্থু হায়দোক হাইজিন্ অমত্তা তৌদনা মশাগী মফম অছুদা অছুমক লৈবা অসিগুম্বা অসিবু সঙ্গীত-স্বর কৌই। তৌইগুম্বসুং মশা মশাগী মফমদা লেংদনা লৈবা মরম্না তাবদা য়াম্না নুংশিহল্লি।

ঈশৈ শরুবনগীদমক্তা মরুওইবা স্বর "৭" নি স্বরশিং অসিবু মথংশিংনা ষড়জ, ঋষভ, গন্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত, নিষাদ কৌই। অছুগা অশম্বদা সা, রে, গ, ম, প, ধ. নি, অসিনি।

## "শুদ্ধ-স্বর"

সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, স্বরশিং অসি ৪, ৩, ২, ৪, ৪, ৩, ২ অসুম্না মথং মনাও নাইনা লৈ। হায়বদি স্বরশিং অসিবু "শুদ্ধ-স্বর" হায়না কৌই।

হায়রিবা শুদ্ধ-স্বর তরেৎ অসিগী মপুংফাবা মমিংদি অসিনি :— ষড়জ, ঋষভ, গন্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত অমসুং নিষাদ অসিনি। ঈশৈ শকপদা খুদোংচানবগীদমক্তা মখোয়শিং অসি মকোকী ময়েকশিং লৌরগা অশম্বা মওংদা অসুম্না শেম্লম্মী। মছুদি :—
সা, রে, গ, ম, প ধ, নি, অসিনি।

## "তীব্র অমসুং কোমল স্বর"

মথক্তা হায়রিবা স্বর ৭ (তরেৎ) হায়বদি সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, অসি "শুদ্ধ-স্বর" কৌখ্রে। মখোয়শিং অসিদা "সা" অমসুং "প" মখোয় অনি অসিবু "অচল স্বর" হায়বদি লেংদবা স্বর হায়না

কৌইন। মরমদি স্বর অনি অসি মশা মশাগী মকমদগী হুন্দোং-হোংদোক্কে। অতুগা লেমহৌরিবা স্বরশিং অতুদি মখোয় মখোয়গী মওংশিং অসি অনি অনি থোক্না থায়দোক্কুই। মরম অতুনা মখোয়শিং অসিবু "পৌকারী স্বর" হায়নস্ম কৌনৈ। অতুগা মখোয়শিং অসিবু "তীব্র" অমস্মুং "কোমল স্বর" হায়না কৌই।

করিগুম্বা অবেপ্পা খোঞ্জেন অমগী স্বরবু মখাদা কুমথরক্লবদি স্বর অতুবু "কোমল স্বর" কৌই। অতুগা স্বর অমনা মশাগী অশেংবা মফমদগী রাংখংলবদি "তীব্র স্বর" কৌই। রে, গ, ধ, নি, স্বর মবি অসি মহাক্কী অশেংবা মফমগী মখাদা হন্থনা লৈ। মরম্ অতুনা "কোমল স্বর" ওইরে। অতুগা মহাক্কী অশেংবা মফমদা অমুক লৈরবদি মতুবু "তীব্র স্বর" নত্রগা "শুদ্ধ-স্বব" কৌই। তৌইগুম্বস্মুং ম, মধ্যম স্বর অসি মহাক্কী অশেংবা মফমগী মথক্তা লৈতে, হায়বদি মহাক্কী অশেংবা মফম অসি মখাদা লৈ, মরম অতুনা "ম" স্বর হোংদোকপা মতমদা "বীকৃত" ওইগনি হায়বদি মথক্তা লৈগনি। মরম অতুনা "ম" তীব্র কৌগনি। অতুগা মতম অতুদা মহাক্কী অশেংবা মফমদা অমুক হল্লক্লনি মতম অতুদা "কোমল" নত্রগা "শুদ্ধ" কৌগনি। ঈশৈ শকপশিংগী চৎনবীদা "কোমল স্বর" বু "উতরে স্বর" অতুগা 'তীব্র স্বর' সিংবু "চঢ়ে-স্বর" কৌই।

"শুদ্ধ অমস্মুং বীকৃত"

মথক্তা হায়খ্রে মতুদি "সা" অমস্মুং "প" স্বর অসি অসি অচল স্বরনি হায়না। মখোয় অনি অসি করিগুম্বদা বীকৃত ওইদে হায়বদি মশা মশাগী মকমদগী হোংদোক্তে। লেম্হৌরিবা স্বর

অসিদি মশা মশাগী মফমদগী হোংদোকই হায়বদি অনি অনি লৈ। মরম অদুনা মখোয় অসিবু "বীকৃত স্বর" কৌই। রে, গ, ধ, নি, মহাক মহাকী মফমগী মথাদা লাক্কনি মরম অদুনা মখোয়বু "বীকৃত" নত্রগা "কোমল" স্বর হায়না কৌগনি। মতৌ অসুম তৌদুনা 'ম' মশাগী মফমদগী হোংদোকখিদুনা মথক্তা লাক্কনি মরম অদুনা "ম" অসি "বীকৃত-স্বর" নত্রগা "তীব্র-স্বর" হায়না কৌগনি।

মতৌ অসুম তৌনা অচল স্বর অনি শুদ্ধ-স্বর মঙা অমসুং বীকৃত স্বর মঙা পুম্নমক্না পুল্লগা স্বর ১২ ওই। মসিবু খংনবগীদমক্ ভাতখন্দেগী স্বরলিপীগী চৎনবীদা খুদম্ অসুম্না পীরম্মী।

সা, প, ( অচল নত্রগা শুদ্ধ স্বর ) মসিদা করিগুম্বা খুদম অমত্তা লৈতে। রে, প, ম, ধ. নি, (শুদ্ধ-স্বর) মসিদসু করিগুম্বা খুদম অমত্তা লৈতে। রে, গ, ম, ধ, নি, (কোমল-স্বর) মসিদা রে, গ, ধ, নি, কোমল অদুগা "ম" তীব্র স্বরনি।

বিষ্ণুদিগম্বরগী স্বরলিপীগী চৎনবীদ মতৌ অসুম্না ইরম্মী :—

সা, প, অচল স্বরনি।

রি, গ, ম, ধ, নি, শুদ্ধ-স্বরনি।

রি্, গ্, ম্, ধ্, নি্, কোমল স্বর মসিদা রি্, প্, ধ্, নি্, কোমল অদুগা ম্, তীব্র নি।

মসিগী মথক্তা অরাং ভারতকী অতোপ্পা খুদম খন্না অমসু চৎনরি। তৌইগুম্বসুং মথক্তা হায়রিবা খুদম অনি অসিন্না থোইদোক্না চৎনরি।

## "সপ্তক"

সঙ্গীতকী মরুওইবা শুদ্ধ-স্বর ৭ লৈ। মতৌদি ষড়জ, ঋষভ, গন্ধার, মধ্যম, পঞ্চম, ধৈবত, নিষাদ অসিনচিংবা অসিনি। মখোয়গী অশম্বা মমিংদি সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, কৌই। মথক্তা পিরিবা স্বর ৭ অসিগী লৈননবা মফমবু "সপ্তক" কৌই। ছায়বদি সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, স্বর ৭ অসিগী লৈননবা মফমবু "সপ্তক" কৌই। "সপ্তক" মথল অহুম থোক্না খায়দোকই। মতৌদি :— "মন্দ্র-সপ্তক" "মধ্য-সপ্তক" অমসুং "তার-সপ্তক" অসিনি

মন্দ্র-সপ্তক :— খোঞ্জেন অসি য়াম্না নেম্মী তপ্পী, চাউই, অমসুং চীং লেম্মী।

মধ্য-সপ্তক :— খোঞ্জেন অসি য়াম্না রাংদে অমসুং য়াম্নসু তপতে (নেমদে) ময়াই ওই লৈ।

তার-সপ্তক :— খোঞ্জেন অসি য়াম্না রাংই।

খুদম্ :— মন্দ্র-সপ্তক— সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি।

মধ্য-সপ্তক :— সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি।

তার-সপ্তক :— সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি।

অসিনচিংবা অসিনি :

## "শ্রুতি"

করিগুম্বা ঈশৈ অমদা শিজিন্নবা অতোপ্পা খোঞ্জেন্দগী তোপ-তোপ্পা তশেং তশেংনা তারিবা হুংশিবা খোঞ্জেন অদুবু "শ্রুতি" কৌই। মসিবু তশেংনা থংননবগীদমক ঐখোয়না "নাদ" অমা হেক্তা লৌরসি। খুদমগীদমক্তা অদুগুম্বা "নাদ" অদুগী Vibara-tion (কম্পন) গী মশিং অসি সেকেণ্ড অমদা ১০০ নি। অদুগা

অতোপ্পা "নাদ" অমগা অমুক সেকেণ্ড অমদা ১০১ নি হায়না লৌরসি। মতৌ অসুম্না "নাদ" অনি অসি খেন্নরে। সঙ্গীত কারসিংগী নাকোংদা "নাদ" অনি অসিগী খেন্নবা অসি তশেং তশেংনা তাবা ঙমগনি। মতৌ অসুম তৌদুনা সঙ্গীত বিদ্যানশিংনা "শ্রুতি" গী মরমদা অসুম্না হায়বম্মী। করিগুম্বা (নাদ) খোঞ্জেন অমা অতোপ্পদমী তশেং তশেংনা, তোঙান তোঙান্না, তারিবা অদুবু "শ্রুতি" কৌই। পন্দিতশিংনা অসুম্না হায়রম্মী মদুদি সপ্তক অমদা তশেং তশেংনা তাবা ফংবা খোঞ্জেনগী মশিং অসি ১২ নি।

স্বর মেলকলানিধি কৌবা লাইরিক্তা অসুম্না হায় মদুদি :— ঐখোয় মীওইবগী হকচাং থবাক্ মনুংদা শিংলি ১২ লৈ। শিংলি ১২ অদুগী খোঞ্জেন পুন্নমক হৈ শিংলবা গায়কসিংনা শেংনা পুথোক্নুনা তাবা ঙমই। মতৌ অসুম্না তাবা ফংলিবা অসিমক "শ্রুতি" কৌই। হায়রিবা "নাদ" অসি মখল ১২ থোক্না খায়দোকই।

সঙ্গীত শাস্ত্রগী মতুংইন্না মমাংঙৈ মতমদগী "নাদ" অসি ১২ নি হায়না চৎনবি। হায়রিবা "নাদ" অসি মথং মথং ৱাংখৎলি। হায়রিবা "নাদ" ২২ অসিবু "শ্রুতি" কৌই।

ঙৈশৈ শকপা মতমদা শ্রুতি ২২ অসিমক শিজিন্নদে। শ্রুতি ২২ অসিগী মনুংদগী "স্বর" ১২ লৌথোক্লগা ঙৈশৈ শক্নৈ। সঙ্গীত রত্নাকরগী মোৎ মতুংইন্না মমাংঙৈগী লাইরিক ইবশিংনা শ্রুতিসিং অসিবু মথং মনাউ নাইনা অশুম্না থম্লম্মী মদুদি :—

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯ ১০ ১১ ১২ ১৩

নি সা রে গ ম

১৪ ১৫ ১৬ ১৭ ১৮ ১৯ ২০ ২১ ২২

প ধ নি

হায়বদি ৪ শুবা শ্রুতিদা 'স' ৭ সুবা শ্রুতিদা "রে" ৯ সুবা শ্রুতিদা "গ" ১৩ শুবা শ্রুতিদা "ম" ১৭ শুবা শ্রুতিদা "প" ২০ শুবা শ্রুতিদা "ধ" ২২ শুবা শ্রুতিদা "নি" অসিনি। হায়রিবা অসি মমাংঙৈ অমস্তুং ময়াইদা লৈবা সঙ্গীত বিদ্যানশিংগী "শুধ" স্বরগী লৈফমনি। মসিদা হৌজিক্কী মিৎয়েংদা "গ" অমস্তুং "নি" অনি অসি কোমল ওই। হায়বদি হৌজিক্কী কাফী "ঠাট" কা মান্নে। হায়বদি মমাংঙৈ মতমগী স্বরশিংগী লৈফমগা হৌজিক্কী স্বরশিংগী লৈফমগা খেৎনৈ হায়বদি মান্নদে। মহুদি মমাংঙৈ মতমগী স্বরশিংনা অস্তুন্না লৈরম্মী।

০ ১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯ ১০ ১১ ১২ ১৩
নি — — — সা — — রে — গ — — — ম
১৪ ১৫ ১৬ ১৭ ১৮ ১৯ ২০ ২১ ২২
— — — প — — ধ — নি অহুগা

হৌজিক্কী মতমগী স্বরগী লৈফম্না অস্তুন্না ওইগনি মহুদি :—

১ ২ ৩ ৪ ৫ ৬ ৭ ৮ ৯ ১০ ১১ ১২ ১৩ ১৪

সা রে গ ম প




হায়বদি ১ দা "সা" ৫ দা "রে" ৮ দা "গ" ১০ দা "ম" ১৪ দা "প" ১৮ দা "ধ" ২১ দা "নি" লৈগনি। মরম অতুনা মমাংঙৈ মতমগী স্বরগী লৈফমগা হৌজিক্কী স্বরশিংগী লৈফমগা খেৎনৈ। হৌজিক্কী মতমগী "কাফী" "ঠাট" কা মমাংঙৈ মতমগী স্বরগী লৈফমগা মান্নৈ। অতুগা হৌজিক্কী মতমগী স্বরগী লৈফমদি হৌজিক্কী "বিলাবল ঠাট" অসিনি।

## "মমাংঙৈ অমসুং হৌজিক্কী স্বরসিংগী লৈফম্

| শ্রুতিগী মশিং | শ্রুতিশিংগী মমিং | মমাংঙৈ শুধ স্বরগী মফম | অধুনিক (হৌজিক্কী) সঙ্গীতকী মতুং-ইন্না শুদ্ধ স্বর |
|---|---|---|---|
| ১ | তীব্র | | ষডজ |
| ২ | কুমুদবতী | | |
| ৩ | মন্দা | | |
| ৪ | ছনদোবতী | ষড়জ | |
| ৫ | দয়াবতী | | ঋষভ |
| ৬ | রনজনী | | |
| ৭ | রক্তিকা | ঋষভ | |
| ৮ | রৌদ্রি | | গন্ধাড় |
| ৯ | ক্রোধ | গন্ধার | |
| ১০ | ব্রজ্রিকা | | মধ্যম |
| ১১ | প্রসারিনী | | |

| শ্রুতিগী মশিং | শ্রুতিশিংগী মমিং | মমাংডৈগী শুদ্ধ স্বরগী মফম | আধুনিক [illegible] সঙ্গীতকী মতুংইন্না শুদ্ধ স্বর |
|---|---|---|---|
| ১২ | প্রিতী | | |
| ১৩ | মার্জনী | মধ্যম | |
| ১৪ | ক্ষিতী | | পঞ্চম |
| ১৫ | রক্তিকা | | |
| ১৬ | সনদিপনি | | |
| ১৭ | আলাপীনি | পঞ্চম | |
| ১৮ | মদনতি | | ধৈবত |
| ১৯ | রোহিনি | | |
| ২০ | রম্যা | ধৈবত | |
| ২১ | উগ্রা | | নিষাদ |
| ২২ | ক্ষোভিনী | নিষাদ | |

মমাংডৈ শাস্ত্রগী মতুংইন্না শ্রুতিশিং অসিদা স্বরশিংগী লৈফম অসি মথক্তা পীরিবা মতৌ অসুম্না লৈরম্মী। মতুদি :— মরিশুবা শ্রুতিদা "সা" ৭ শুবা শ্রুতিদা "রে" ৯ শুবা শ্রুতিদা "গ" ১৩ শুবা শ্রুতিদা "ম" ১৭ শুবা শ্রুতিদা "প" ২০ শুবা শ্রুতিদা "ধ" ২২ শুবা শ্রুতিদা "নি" অশুন্না মথং মনাউ নাইনা থম্লম্মী।

হিন্দুস্তানি সঙ্গীতকী চৎনবীদসু শুদ্ধ স্বর ৭ অসি মথং মনাউ নাইনা থম্লম্মী। মতৌ অসুম্ তৌহুনা আধুনিক লাইরিক ইবশিংনা অহানবা শ্রুতিদা "সা" ৫ শুবা শ্রুতিদা "রে" ৮ শুবা শ্রুতিদা "গ" ১০ শুবা শ্রুতিদা "ম" ১৪ শুবা শ্রুতিদা "প" ১৮ শুবা শ্রুতিদা "ধ" ২১ শুবা শ্রুতিদা "নি" অসুম্না মথং মথং থম্লম্মী।

### শ্রুতি ২২ অসিগী মযক্মদা অধুনিক স্বর ১২ গী লৈফম্

| মশিং | শ্রুতিগী মমিং | স্বর | স্বরগী মশিং (Vibaration) কম্পন |
|---|---|---|---|
| ১ | তীব্র | সা অচল লেংদবা | ২৪০ |
| ২ | কুমুদরতী | | |
| ৩ | মনদা | রে (কোমল) | ২৫৪ ২/১৭ |
| ৪ | ছনদোরতী | | |
| ৫ | দয়ারতী | রে (তীব্র) | ২৭০ |
| ৬ | রনজনি | | |
| ৭ | রকতিকা | গ (কোমল) | ২৮৮ |
| ৮ | রৌদ্রি | গ (তীব্র) | ৩০১ ১৭/৪৩ |
| ৯ | ক্রোধ | | |
| ১০ | রাজ্রিকা | ম (কোমল) | ৩২০ |
| ১১ | প্রসারিনী | | |
| ১২ | প্রিতি | ম (তীব্র) | ৩৩৮ ১৪/১৭ |
| ১৩ | মার্জনী | | |
| ১৪ | ক্ষিতি | প (অচল) লেংদবা | ৩৬০ |
| ১৫ | রক্তিকা | | |
| ১৬ | সনদিপনী | ধ (কোমল) | ৩৯১ ৬/১৭ |
| ১৭ | আলাপীনী | | |
| ১৮ | মদনতী | ধ (শুদ্ধ) তীব্র | ৪০৫ |
| ১৯ | রোহীনী | | |
| ২০ | রময়া | নি (কোমল) | ৪৩২ |
| ২১ | উগ্রা | নি (তীব্র) | ৪৫২ ৪/৪৩ |
| ২২ | ক্ষোভিনী | | |
| | তীব্র | সা (তার) | ৪৮০ |

মমাংঙৈ ময়াই ওইবা অমসুং হৌজিক্কী স্বরগী চাংদমনবা অসি অস্থুম্না পীরম্মী।

| মমাংঙৈ লাইরিক ইবশিং :— ভরত, শারঙ্গদেব। | ময়াইগী লাইরিক ইবশিং :- অহোবল, শ্রীনিৱাস, লোচন। | (অধুনিক) হৌজিক্কী লাইরিক ইবা :— ভাতখন্দে |
|---|---|---|
| শ্রুতি ২২ অসি সপ্তক ১ নি হায়না লৌনৈ। | শ্রুতি ২২ অসি সপ্তক্ অমনি হায়না লৌনৈ। | শ্রুতি ২২ অসি সপ্তক অমনি হায়না লৌনৈ। |
| সপ্তক ১ দা শ্রুতি ২২ লৈ। | সপ্তক ১ দা শ্রুতি ২২ লৈ। | সপ্তক ১ দা শ্রুতি ২২ লৈ। |
| শ্রুতিশিং অসিদগী শুদ্ধ স্বর অমদি বিকৃত স্বর ১২ পোকই। | শ্রুতিশিং অসিদগী শুদ্ধ স্বর অমদি বিকৃত স্বর ১২ পোকই। | শ্রুতি ২২ অসিদগী শুদ্ধ অমসুং বিকৃত স্বর ১২ পোকই। |
| ষড়জ, মধ্যম, পঞ্চমগী শ্রুতিশিং অসি ৪—৪ অমসুং নিষাদ অমসু গন্ধারগী শ্রুতি ২—২ ওইহনা স্বরশিংগী লৈফম শেম্মী। | মমাংঙৈগী মতৌগুম মসিদসু 'সা' 'ম' 'প' শ্রুতি ৪—৪ অতুগা 'গ' অমসুং 'নি' অনি অসিনা শ্রুতি ২—২ ওইহনা স্বরগী লৈফম শেম্মী। | মমাংঙৈ অমসুং ময়াইগী মোৎ মতুংইন্না পণ্ডিট ভাতখন্দেনসু হায়রিবা নিয়ম অসি চৎলম্মী। |

## খেৎনবা

| মমাংঙৈ | ময়াই | আধুনিক |
| --- | --- | --- |
| ৪, ৭, ৯, ১৩, ১৭, ২০ অমসুং ২২ শ্রুতিশিং অসিদা সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, স্বরশিং অসি লৈ। | মসিদসু মমাংঙৈ মতোংগুম্না ৪,৭,৯,১৩,১৭, ২০, ২২ শ্রুতিশিং অসিদা সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, স্বরশিং অসি লৈ। | ১, ৫, ৮, ১০, ১৪, ১৮, অমসুং ২১ হায়রিবা শ্রুতিশিং অসদা সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, স্বরশিং অসি লৈ। |
| মসিগী শুধ স্বর অসিদা "গ" অমসুং "নি" (কোমল) ওই। | "গ" "নি" কোমল ওই হায়রদি অধুনিক "কাফী ঠাট' কা শুধ স্বব অসিগা মানৈ। | শুধ স্বব অসি "বিলাবল ঠাট" অসিনি। |
| বিণাগী তাবাদা তোঙান তোঙানবা স্বরশিংগী মফম অসি মখোযগী লাইবিক শিংদা ইবমদে। | বিণাগী তবাগী অশ্যাংবদা শুধ নত্রগা বিকৃত স্ববগী মফম লৈরমদে। | বিণাগী তারাগী অশাংবগী মবমদা শুধ অমসুং বিকৃত স্বরশিংগী মফম রে, ম, ধ, স্বর অহুম অসি বিকৃত স্বরনি হায়না লৌই। |
| মখোইগী লাইবিকশিংদা শুধ অমসুং বিকৃত স্বরশিংগী Vibaration পুথোক্লবগী করিগুম্বা অমত্তা ফংদে। | শুধ অমসুং বিকৃত স্বরশিংগী Vibaration পুথোক্লবগী মরমদা করি অমত্তা ফংদে। | শুধ অমসুং বিকৃত স্বর ১২ পুথোক্লনা মহাক্কী লাইরিকশিংদা তাকলম্মী। |

মতৌ অসুম তৌনা প্রাচিন কাল, মধ্যকালিন, অমসুং অধুনিক কালগী স্বরগী খেৎনবা অসি তাক্লম্মী।

## "ঠাট"

"রাগ" গী পোকফম, হৌফম ওইরিবা স্বরশিংগী কাংলুপ (মপৈ) অমবু "ঠাট" কৌই।

"ঠাট" কী মরমদা নিংশিংনদবা থরা :—

১। মতম লৈবখিবিক্তা "ঠাট" অসি স্বর ৭ ওইগদবনি।

২। "ঠাট" হায়বা অসি হুংশিদ্রবসু য়াই।

৩। "ঠাট" তা আরোহা য়াউদ্রবসু য়াই। হায়বদি আরোহাদমক ওইগনি।

৪। "ঠাট" তা বাদি অমসুং সম্বাদি লৈতে।

৫। "ঠাট" তা গায়ন সময়গী মথৌ লৈতে।

৬। "ঠাট" তা স্বর অনি থংননা হায়বদি রে, রে, গ, গ অসুম্না লৈবা য়াই।

মতৌ অসুম তৌদুনা পণ্ডিত ব্যংক্যতমশিংনা ঠাট ৭২ পুথোক্লুনা রাগ শেম্লম্মী। অদুগা হৌজিক্কী মতমদা হায়বদি ভাতখণ্ডেজীনা "ঠাট" ১০ অসি মতৌ অসুম্না পুথোক্লম্মী। মদুদি :—

### (১)
### "কল্যান ঠাট"

সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, সা ॥

( ২ )

"বিলাবল ঠাট"

সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, সা ।

( ৩ )

"খমাজ ঠাট"

সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, সা ॥

( ৪ )

"ভৈরব ঠাট"

সা রে গ ম প ধ নি সা ॥

( ৫ )

"পূর্বী ঠাট"

সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, সা ॥

( ৬ )

"মারবা ঠাট"

সা রে গ ম প ধ নি সা ।

( ৭ )

"কাফি ঠাট"

সা রে গ ম প ধ নি সা ॥

( ৮ )

"আসাররি ঠাট"

সা রে গ ম প ধ নি সাঁ ॥

( ৯ )

"ভৈরবী ঠাট"

সা রে গ ম প ধ নি সাঁ ॥

( ১০ )

"তোড়ি ঠাট"

সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, সাঁ ॥

অঙিনচিংবা অসিনি।

## "রাগ"

রান্না ফজরবা স্বরশিংগী কাংলুপ অমনি। মতু তাবদা অতাবশিংগী থম্মোইদা নুঙাইবা অমদি অপেনবা পোকহল্লিবা স্বর কাংলুপ অহুবু সঙ্গীতকী জ্ঞানিশিংনা "রাগ" কৌই।

রাগদা চঙগদবা মরুওইবা মচাকশিং :—

১। রাগ, ঠাট অমদগী পোকনি।

২। স্বরশিংগী শৈরেংগুম্বা ( রচনা ) অমা ওইগদবনি।

৩। মসি স্বরশিংগী কাংলুপ অমা ওইগদবনি।

৪। রাগ হায়বা অসিদা সুংশিরা অমদি ফজবা ওইগদবনি।

৫। রাগ অমদা স্বর ৫ দগী তারবদি রাগ ওইবা য়াদে। হায়রবদি স্বর ৫ দগী তাবা য়াদে।

৬। রাগ অমদা স্বর অমগী শক্তম অনি হায়রবদি কোমল অমসুং শুদ্ধ মথং মনাউ নাইনা থংননা লৈবা শাস্ত্রশিংনা থিংলম্মী। মহুদি <u>গ</u> গ নত্রগা ম ম অসিনচিংবা অসিনি। অদুম ওইনমক করিগুম্বা রাগ খরদদি স্বর অনি অমগী মথংদা অমা থংননা শিজিন্নে। মহুদি ললিত, বিহাগ, কেদার অসিনচিংবা অসিনি।

৭। রাগদা আরোহা কাখৎপা স্বর অমসুং আররোহা কুমথবা স্বর অনিমক চংগনি। মরমদি আরোহা অমসুং আররোহা নত্তনদি রাগগী মওং খংবা ঙমদে।

৮। করিগুম্বা রাগ অমদা ষড়জ (সা) স্বর অসি কৈদৌনুংদসু য়াউদবা লৈতে।

৯। রাগ অমত্তদা মধ্যম (ম) অমসুং পঞ্চম (প) স্বর অনি অসি মতম অমুক্তদা য়াউদবা তৌরোই। "ম" নত্রগা "প" অমদি অদুমক য়াউগনি।

১০। রাগদা "বাদি" অমসুং "সম্বাদি" চংগনি। স্বরশিং অসিনা থোইদোক হেন্দোয়া রাগগী স্বরশিংবু তাইশিন্নহল্লি।

# "রাগ" গী জাতি (শাগে)

অহানবদা হায়খ্রে মতুদি করিগুম্বা "ঠাট" অমদগী "রাগ" পোকই হায়না, অতুগা মসিদস্থ অমুকস্থ হায়রি মতুদি "ঠাট" তা মরু ওইবা স্বর ৭ চংই তৌইগুম্বস্নং "রাগ" দদি স্বর ৭ ভগী তারবস্থ য়াই। মতৌ অস্নুম তৌহুনা করিগুম্বা "ঠাট" অমদগী স্বর ৫, ৬ নত্রগা ৭ লৌহুনা "রাগ" অমা শেম্মী। মতুগী মতুংইন্না রাগ অতুগী জাতি হায়বদি শাগে লেপ্পী। মতৌ অস্নুম তৌনা স্বর মশিংগী মতুং ইন্দুনা রাগগী জাতিগী মরমদা মখল অহুম (৩) থোক্না থাইদোকই। মতুদি :— ঔড়ব, ষাড়ব, সম্পূর্ণ অসিনি।

**ঔড়ব রাগ :—** স্বর ৫ না শাবা রাগবু "ঔড়ব রাগ" কৌই। মতুদি ভুপালি, মালকৌসঁ অসিনচিংবা অসিনি।

নিংশিংগদবা অমনা কৈদৌনুংদস্থ রাগ অমদা "সা" স্বর অসি য়াউদবা লৈরোই। রাগ খুদিংমক্তা "সা" অতুমক য়াওগনি।

**ষাড়ব রাগ :—** স্বর ৬ না শাবা রাগ অতুবু "ষাড়ব রাগ" কৌই। মতুদি :— মাররা, পুরিয়া অসিনচিংবা অসিনি।

**সম্পূর্ণ রাগ :—** স্বর ৭ মক শিজিন্নহুনা শেম্বা রাগ অতুবু "সম্পূর্ণ রাগ" কৌই। মতুদি :— য়মন, বিলাবল, ভৈরব অমসুং ভৈরবী অসিনচিংবা অসিনি।

মথক্তা হায়রিবা জাতি অহুম অসিগী রাগগী আরোহা অমসুং আবরোহাদা মথংশিংনা স্বর ৫, ৬, ৭ না ওইগনি। তৌইগুম্বস্নং

রাগ খরগী আরোহাদা স্বর ৬ অতুগা আব্বরোহাদা স্বর ৫ ওই। নত্রগা আরোহাদা স্বর ৭ অমসুং আব্বরোহাদা স্বর ৫ শিজিন্নে।

মথক্তা পনখ্রিবা জাতি অহুম অসিদগী জাতি খুদিংমক্কী ওইনা মরুওইবা জাতি অহুম্ অহুম্ পোক্লা অমুক শেন্মী। মতৌ অসুম তৌনা জাতি ৯ থোক্লা শেন্মী। মতুদি :—










মতৌ অসুম্না জাতি অহুম অসিনা মরুওইবা জাতি ৯ থোক্লা অমুকসু পুথোকই। মসিগী মপুংফাবা শক্তমদি অসিনি :—

**সম্পুর্ণ-সম্পুর্ণ :—** রাগ অসিগী অরোহা অমস্থং আররো-হাদা স্বর ৭ ওইগনি। মসিবু "সম্পুর্ণ-সম্পুর্ণ" জাতিগী রাগ কৌই।

**সম্পুর্ণ-ষাড়ব :—** রাগ অসিগী আরোহাদা স্বর ৭ অত্থগা আররোহাদা স্বর ৬ ওইগনি। মসিবু "সম্পুর্ণ-ষাড়ব" জাতিগী রাগ কৌই।

**সম্পুর্ণ-ঔড়ব :—** রাগ অসিগী আরোহাদা স্বর ৭ অত্থগা আররোহাদা স্বর ৫ ওইগনি। অসিগুম্বা রাগ অসিবু "সম্পুর্ণ-ঔড়ব" জাতিগী রাগ কৌই।

**ষাড়ব-সম্পুর্ণ :—** রাগ অসিগী আরোহাদা স্বর ৬ অত্থগা আররোহাদা স্বব ৭ ওইগনি। মসিবু "ষাড়ব-সম্পূর্ণ" জাতিগী রাগ কৌই।

**ষাড়ব-ষাড়ব :—** রাগ অসিগী আরোহা অমস্থং আররো-হাদা স্বর ৬-৬ ওইগনি। অসিগুম্বা রাগ অসিবু "ষাড়ব-ষাড়ব" জাতিগী রাগ কৌই।

**ষাড়ব-ঔড়ব :—** রাগ অসিগী আরোহাদা স্বর ৬ অত্থগা আররোহাদা স্বর ৫ ওইগনি। মসিবু "ষাড়ব-ঔড়ব" জাতিগী রাগ কৌই।

**ঔড়ব-সম্পুর্ণ :—** রাগ অসিগী আরোহাদা স্বর ৫ অমস্থং আররোহাদা স্বর ৭ ওইগনি। মসিবু "ঔড়ব-সম্পুর্ণ" কৌই।

**ঔড়ব-ষাড়ব :—** মসিগী আরোহাদা স্বর ৫ অত্থগা আররোহাদা স্বর ৬ ওইগনি। মসিবু "ঔড়ব-ষাড়ব" রাগ কৌই।

**ঔড়ব-ঔড়ব :—** রাগ অসিগী আরোহা অমদি আবরো-হাদা স্বর ৫-৫ লৈগনি। অসিগুম্বা অসিবু "ঔড়ব-ঔড়ব" জাতিগী রাগ কৌই। অসিগুম্বা রাগগী জাতিশিং অসিনা রাগশী মশিং খংবা ওমই। মথক্তা পনখ্রিবা জাতি ৯ অসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা ঠাট অমদগী রাগ ৪৮৪ শেমই।

**সম্পুর্ণ-সম্পুর্ণ :—** জাতি অসিনা রাগ অমত্তমক শেম্মী। করিগীনো হায়বদ্র রাগ অসিগী আরোহা অমসুং আবরোহাদা স্বর ৭ লৈ। মরম অদুনা স্বর ৭ কী রাগ অমত্তনি।

**সম্পুর্ণ-ষাড়ব :—** জাতি অসিনা রাগ ৬ পোকই। মরমদি আরোহাদা সম্পুর্ণ ওই অদুগা আবরোহাদা স্বর অমা হন্না-হন্না মশক ওন-ওন্দুনা হোংদোক্তুনা রাগ শেম্মী। মতুদি রে অমুক গ, ম, প, ধ, নত্রগা নি অমুক মথং মথং ওন্না ওন্না লৌথোক্তুনা শেম্মী।

**সম্পুর্ণ-ঔড়ব :—** জাতি অসিগী আরোহাদা স্বর ৭ অদুগা আবরোহাদা স্বর অনি লৌথোক্লগা শেম্মী। হায়বদি স্বর ৫ না শাদুনা জাতি অসিদগী রাগ ১৫ পোকই।

**ষাড়ব-সম্পুর্ণ :—** জাতি অসিগী আরোহাদা স্বর ৬ ওইবা মরমনা, ৬ লক হন্না স্বর অমমম হোং হোংদুনা, কক্তুনা জাতি অসিগীসু রাগ ৬ শেম্মী।

**ষাড়ব-ষাড়ব :—** জাতি অসিগী আরোহাদা স্বর অমা হায়বদি রে, গ, ম, প, ধ, নি, অসি ৬-৬ লক হন্না হন্না ওল্লগা কক্তুনা

থম্মী। মতৌ অসুম্না আরুরোহাদসু স্বরশিং অসি ৬-৬ লক অমমম কক্তুনা থম্মী। মরম অতুনা জাতি অসিদগী "রাগ" ৬×৬=৩৬ শেম্মী।

**ঔড়ব-সম্পূর্ণ:—** জাতি অসিগী আরোহাদা স্বর ২ লৌথোপনা মরম ওইতুনা জাতি অসিদগী রাগগী মথল ১৫ শেম্মী। অতুগা আরুরোহদদি সম্পূর্ণ ওই।

**ঔড়ব-ষাড়ব —** জাতি অসিগী আরোহাদা স্বর অনি হন্না-হন্না লৌথোক্তুনা রাগ ১৫ শেম্মী। অতুগা আরুরোহাদা স্বর ১ লৌথোক্তুনা রাগ ৬ শেম্মী। মরম অতুনা জাতি অসিদগী রাগ ১৫×৬—৯০ পুথোকই।

**ঔড়ব-ঔড়ব :—** জাতি অসি থ্বাইদগী হেন্না হায়বদি রাগ ২২৫ পোকই। মরমদি আরোহাদা স্বর ২ হন্না-হন্না লৌথোকতুনা রাগ মথল ১৫ শেম্মী অতুগা আরুরোহাদসু আরোহাগুন্না স্বর ২ লৌথোক্তুনা মথল ১৫ অমগা অমুক শেম্মী। মরম অতুনা রাগ ১৫×১৫=২২৫ শেম্মী। মতৌ অসুম তৌনা ঠাট অমগী জাতি ৯ অসিনা রাগ ৪৮৪ শেম্মী। মসিবু ভশেংনা থংনবগীদমক মথাদা য়েক্তুনা পীরি। মহুদি :—

| নং | জাতি. | আরোহাগী স্বর, | আরুরোহাগী স্বর, | রাগগী মশিং |
|---|---|---|---|---|
| ১, | সম্পূর্ণ-সম্পূর্ণ | ৭ | ৭ | ১ |
| ২, | সম্পুর্ণ-ষাড়ব | ৭ | ৬ | ৬ |
| ৩, | সম্পুর্ণ-ঔড়ব | ৭ | ৫ | ১৫ |
| ৪, | ষাড়ব-সম্পুর্ণ | ৬ | ৭ | ৬ |

| নং | জাতি, | আরোহাগী স্বর, | আবরোহাগী স্বর, | রাগগী মশিং |
|---|---|---|---|---|
| ৫, | ষাড়ব-ষাড়ব | ৬ | ৬ | ৩৬ |
| ৬, | ষাড়ব-ঔরব | ৬ | ৫ | ৯০ |
| ৭, | ঔড়ব-সম্পুর্ণ | ৫ | ৭ | ১৫ |
| ৮, | ঔড়ব-ষাড়ব | ৫ | ৭ | ৯০ |
| ৯, | ঔড়ব-ঔড়ব | ৫ | ৫ | ২২৫ |

অতুগা ঠাট অমদগী জাতি ৯ না পুথোকপা রাগ মশিং পুরুগা ৪৮৪ ওই। মতৌ অসুম্না ঠাট অমনা রাগ ৪৮৪ পুথোকই অতুগা অরাং ভারতকী সঙ্গীতকী চৎনবীগী মতুংইন্না ঠাট ১০ অসিনা ৪৮৪ X ১০ = ৪৮৪০ রাগ শেম্মী। অতুনা খা ভারতকী চৎনবীগী মতুং-ইন্না ঠাট ৭২ অসিনা রাগ ৪৮৪ X ৭২ = ৩৪৮৪৮ শেম্মী। মসিদস্তু নত্তনা বাদি স্বর হোংদোক হোংজিন তৌরগা রাগ কয়ামরুম অমসু শেম্বা য়াই। তৌইগুম্বসুং চৎনবীদা রাগ ২০০ দগী হেন্না পুথোক্তে, মরমদি রাগদা ফুংশিবা, অমদি কজবগী মরু ওই। মসিনা পুনবনা মরম ওইতুনা রাগগী মশিং লেপ্পা ঙমদে।

# "আরোহা অমসুং আবরোহা"

রাইগা লোয়ননা ঈশৈ শকপা মতমদা স্বর কয়ামরুম মথং মথং কাথৎলি অতুগা অমুক কুমথরকই। অসুম্না মওং অনি থোক্লা লৈ। মথোই অতুদি 'সা' স্বরদগী 'নি' স্বরগী মাইকৈরোমদা কাথৎলি। অসিগুম্বা কাথৎলিবা অসিবু আরোহা কৌই। অতুগা

'নি' স্বরদগী 'সা' স্বরগী মাইকৈদা অমুক কুমথরকই। অসিগুম্বা কুমথরক্লিবা অসিবুনা আররোহা কৌই। খুদমদি অসিনি :—

সা, রে, গ, ম, প ধ, নি, সা — আরোহা

সা, নি, ধ, প, ম, গ, রে, সা — আররোহা অসিনি।

## "লয়"

করিগুম্বা মতমগী খোংচত্তা চপ মান্নবা চংলিবা মতমগী শরুক অদুবু "লয়" কৌই। হায়বদি সঙ্গীত্তা চপ মান্নবা চংলিবা মতমগী খোংচং অদুবু "লয়" কৌই। হায়বদি মাত্রা ১দগী ২সুবা মাত্রা হায়বা মতমদা চপ-চপ মান্নবা মতম চংই। অসিগুম্বা মতমগী চপ চাবা চাং কক্কুনা শেন্নবা মতমগী চপ মান্নবা খোংচং অদুবু "লয়" কৌই। মতৌ অসুম্না স্বরগীসু চপ মান্নবা চংলিবা স্বরগী খোংচং অদুবুসু "লয়" কৌই মরুওইবা "লয়" মখল অহুম লৈ। মদুদি :— (১) "বিলম্বীত-লয়" (২) "মধ্য লয়" (৩) "দ্রুত-লয়" অসিনি।

**বিলম্বীত-লয় :—** লয় অসি য়াম্না তপ্পা ইংনা চংলি। মসিবু "বিলম্বীদ-লয়" কৌই। মসিবু "ঠাহ লয়" হায়নসু কৌই। হায়বদি সেকেণ্ড মরিগী মতমবু মাত্রা অমা অদুগা সেকেণ্ড ৮ বুনা মাত্রা অনিগী মতম ওইরবদি "বিলম্বীত লয়"নি হায়না সধারন ওইনা চংনৈ।

**মধ্য-লয় :—** "মধ্য-লয়" হায়বা অসি "বিলম্বীদ-লয়" দগী দুগুন্ লয়, থুজিনবা, অদুগা "দ্রুত লয়" দগীসু দুগুন লয় তপথবা অসিবু "মধ্য-লয়" কৌই।

**দ্রুত–লয় :—** "দ্রুত-লয়" অসি "মধ্য-লয়" দগী খরা থুনা চংলি। অদুগা "বিলম্বীদ লয়" গী "চৌগুন লয়" অসিবু "দ্রুত লয়" কৌই। নত্রগা "বিলম্বীদ-লয়" গী চৌগুন হায়বদি শরুক মরি থুজিনবা হায়না কৌবসু য়াই।

অদুগা অমনা মথক্তা পীরিবা "লয়" অহুম অসি নত্তবা মথল অহুম অমসু লৈরি মতুদি :—
(১) "কুয়ারি-লয়" (২) আড়ি-লয়" (৩) "বিআড়ী-লয়" অসিনি।

## "কুয়াড়ি লয়"

"কুয়াড়ি-লয়" মধ্য-লয়গী শরুক ১¼ বু "কুয়াড়ি লয়" কৌই।

## "আড়ি–লয়"

আড়ি-লয় হায়বা অসি মধ্য-লয়গী শরুক ১½ বু "আড়ি-লয়" কৌই।

## "বিআড়ি-লয়"

"মধ্য-লয়" গী শরুক ১¾ বু "বিআড়ি লয়" কৌই। মতৌ অসুম্না "লয়" গী মথল ৬ থোক্লা খাইদোকই।

## "মাত্রা"

ঘড়িগী মতৌগুম্না কয়িগুম্বা খোংচৎ অমা চপ মান্না চংলিবা অমদি মশিং থিম্বিবা অদুবু "মাত্রা" কৌই। থুদম ওইনা পল্লবদা সেকেণ্ড ১বু "তক্" হায়না লৌনৈ। ঘড়িনা "তক্ তক্ তক্ তক" অসুম্না চংপা অসিবু মাত্রা ৪-মি হায়না লৌগনি। মতৌ অসুম

তৌদ্রুনা মাত্রা কয়ামরুম্না শাবা তাল কয়ামরুমস্থ লৈরি। অদুনা ঘড়িগী সেকেণ্ডশুম্না মশিং থিদুনা চৎলিবা অদুবু সঙ্গীতত্তা "মাত্রা" কৌই।

"তাল"

তাল হায়বদি ঈশৈ শকপা অমদি খোংবা য়ৈবনচিংবা মতমদা চপ-চপ য়ান্নবা ওন্নবা মতমগী শরুক থরা লৈ। অসিগুম্বা চপ-চানা ওন্নবা মতমগী শরুক অদুবু "তাল" হায়না কৌই। মতমগী নাপ অসি মাত্রা শিংনা ওন্নি। তোঙান-তোঙানবা মাত্রাসিংনা তোঙান-তোঙানবা তালশিং পুথোকই। করিগুম্বা তালদা মাত্রা ১৬ না শাই করিগুম্বা তাল ১ দনা মাত্রা ১৪ না ওই অদুগা করিগুম্বদনা মাত্রা ১০, করিগুম্বদনা মাত্রা ১২, করিগুম্বদনা ৮, করিগুম্বদনা ৬ অসিন-চিংবনা ওই। অদুগা অমুকস্থ করিগুম্বা তাল থরদা মাত্রা ৭, ৯, ১১, ১৩, ১৫, ১৭, ১৮, ২২ অমস্থং ২৮ মাত্রাশিং অসিনা শাবা তালস্থ লৈরি। তৌইগুম্বস্থং অসিগুম্বা তালশিং অসি য়াম্না রাংনা শিজিন্নে। হায়বদি চৎনৈ।

ঈশৈগী থরাই "তাল" নি। তাল য়াউদবা ঈশৈদি অয়েম্বনি, কায়দ্রবনি।

সঙ্গীত কালা তৌবশিংনা (কালাকারশিংনা) তালগী গ্যান্ লৈবা য়াম্না মরু ওই।

"সম"

ঈশৈ শকপা অমদি খোংবা য়ৈবশিংনা ঈশৈ শকপা অমদি খোংবা য়ৈবা মতমদা, মকম অসিদগী হৌদুনা ঈশৈ শকই, যম্

খোংই অমস্থং পুং ষ্ট্রে। অসিগুম্বা তালগী হৌকম হায়বদি ইহান হানবা মাত্রা অতুদা তান্ থাই। অসিগুম্বা তাল্গী হৌফম ওইরিবা অহানবা তান্ থাকম্ অসিবু "সম" কৌই। হায়রিবা মফম অসি অতে তানগী মফমশিংদগী খোইদোক হেন্দোক্লা লুমথতুনা লৈ। অসিগুম্বা লুমথতুনা লৈরিবা তানগী হৌফম ওইরিবা মফম অসি ঈশৈ শকপা অমদি যন্ত্র খোংবা, ষ্ট্রেবনচিংবদা মফম অসিনা অতে তানশিংগী মফমদগী খোইদোক্লা হুভাই অমস্থং লুমথতুনা লৈ। অসিগুম্বা লুমথতুনা লৈরিবা মফম অসিবু "সম" কৌই। মফম অসিদা ঈশৈ শকপা অমস্থং যন্ত্র খোংবা ষ্ট্রেবনচিংবা লেপ্পী হায়বদি লোইশিল্লি। খুদমদি অসিনি :— ×

"খালী"

খালী হায়বদি তান থাদবা "তালশিংগী লেপতুনা লৈবা হায়বদি হায়দোকফম ওইরিবা মফমবু "খালী" কৌই। করি করিগুম্বা তালশিংদা খালী অসি অমা নত্রগা ১দগী হেনবস্থ য়াওই। খালীগী খুদমদি অসিনি :— ০

"তালী"

করিগুম্বা তালশিংদা তান থাফম অসি অমা নত্রগা অমদগী হেল্লা লৈ। মতুদি ২ থাবা, ৩ থাবা ৪ থাবা অসিনচিংবা। হায়রিবা তাল খুদিংমক্তা "সম" অমস্থং "খালী" গী মতুংদা তান অমা থাই। হায়রিবা তান অসিবু "তালী" কৌই।

তাল খুদিংমক্তী ওইনা "সম" অসি অহানবা মাত্রাদা তালী থাই, হায়বদি তাল অমাম্বা "সম" দগী হৌই। মরম অতুনা "সম"

অমস্নুং খালীগী মতুংদা থান্নিবা তান্ অসিবু ভরী তালী হায়নস্নু খংনৈ। খুদমদি :— ১, ২, ৩, ৪ অসিনচিংবা অসিনি।

## আবৃত্তি (আৱর্তন)

করিগুম্বা তাল অমদা "সম" দগী হৌরগা "সম" গী মফমদা অমুক হল্লকপা অদুবু আবৃত্তি (আৱর্তন) অমা কৌই। মতৌ অসুম্না অনিরক ওন্দুনা হল্লকপা অদুবুনা আবৃত্তি অনি কৌগনি। খুদমদি :— ধা ধি না। না তি না মসিবু আবৃত্তি অমনি হায়না লৌগনি।

## "মুখড়া"

করিগুম্বা তালগী, মাত্রা অমদগী হেক্তা হৌরগা অমুক্তং লাকপদা "সম" দা লোইশিনবা নত্রগা "সম" দগী হৌরগা "সম" দা লোইশিনবা অদুবু "মুখড়া" কৌই। মুখড়াগী বোলগী অরোইবা শরুক্তা তিহাই অমা য়াউগনি। খুদমদি :—

তকিতধা - -ক্র্ধা ধা–গিন ধা–ধা-

গিনধা- ত্রক্রধেত ধিতিতিত গদিগন

ধা-ধা- ত্রকধেত তা-গিন ধা–ত্রক্র

ধেত-তাগিন - - নাধা ত্রক্রধেত তা-সিনা। ধা
×

**N.B.** মুখড়াগী চৌগুন লয়গী বোল অসিনা বরাবর লয়গী তাল অমদা মৈবদা য়ামত্রবদা মুখড়াগী বোল লোইত্রিঙৈগী মমাংদা "সম" অমুক্তং লানথোক্কুনা চংকনি।

"তুকড়া"

মপুং কাবা বোল অমগী শরুক থরা লৌথোক্লগা তিহাইগা কোয়না য়ৈরিবা বোল অছুবু "তুকড়া" কৌই। খুদমদি ঃ—

ধাত্তিত্ধা তিরকিত্ধত্তিত্ ধাতিরকিততক তাতিরকিততক
ধাতিরকিততক ধা-ধাত্তির তকধা— ধাতিরকিততক। ধা
×

"মোহরা"

করিগুম্বা মপুং ওইবা বোল অমগী ময়েক থর খোংহুনা নত্রগা য়ৈহুনা "সম" ফাউবা লাকপা অছুবু "মোহরা" কৌই। হায়বদি বিলম্বীদ লয়গী মাত্রা ১, ২, নত্রগা ৩, ফাউবগী মহুংদা আঠগুন লয়দা য়ৈরিবা নত্রগা খোংইবা অছুবু "মোহরা" কৌই খুদম্দি ঃ—

তিরকিততকতিরকিততক তাতিরকিততকত্তিরকিত। ধা
×

অসিনি।

"স্থায়ী"

তার সপ্তক হায়বদি অরাংবা সপ্তকী স্বর য়াম্না য়াউদনা রাগ অতুগী অশেংবা মওং মতৌ ফোংদোক্লুনা শকইবা ঈশৈগী অহানবা শরুক অছুবু "স্থায়ী" কৌই।

"অন্তরা"

মধ্য হায়বদিময়াই ওইবা সপ্তকগী হৌহুনা তার অরাংবা সপ্তকী ময়াই ফাউবা শকইবা ঈশৈগী অনিসুবা শরুক অছুবু "অন্তরা" কৌই।

### "সনচারী"

মসিদা "স্থায়ী" গী মথক থংবা শরুক্পা হেন্না শকপা ঊশেগী অহুমশুবা শরুক্পু "সনচারী" কৌই।

### "আভোগ"

ঊশেগী মরিশুবা শরুক্পু "আভোগ" কৌই। মসিগী মওং অসি অন্তরাদগী খরা খেন্নে।

## সঙ্গীত্তা-রস

"রস কী অচম্বা আর্থদি মহাউ হাইনা থংনৈ অদুবু সঙ্গীত্তা "রস" অসি অমুম্বা পীরি। মদুদি মীওইবগী থম্মোইশুংদা লৈরিবা পুক্নিংগী ইথিল, ইহৌ, রাখলবু শাংত্রগী জ্ঞান লৈবা (Scholars) শিংনা "রস" কৌই।

নত্রগা কনাগুম্বনা মহৌশাগী ওইবা রাখল অদু নত্তবা ইতোপ তোপ্পা রাখল অমা পুক্নিংদা লাকই। অসিগুম্বা ইতোপ তোপ্পা রাখল অসিবু সঙ্গীত্তা "রস" ওইনা ফোংদোকই। অসুম্না স্বরনা তালনা অমসুং শাথেক্না ফোংদোকইবা রাখল অসিবু সঙ্গীত্তা "রস" কৌই।

রস মথল মাপল লৈ। মদুদি:— ১, শৃঙ্গার ২, হাস্য ৩, করুন, ৪, রৌদ্র ৫, বীর ৬, ভয়ানক্ ৭ বীভত্স ৮, অদভুদ অমসুং ৯ শান্ত-রস অসিনচিংবা অসিনি।

সাহিত্যাদদি রস মপল অসিমক শিজিন্নে অদুগা সঙ্গীত্তদি শৃঙ্গার, বীর, করুন, অমসুং শান্ত রস মরি অসিদা "রস" মাপলমক্ তিলহন্ত্রে। মমাংঙৈগী জ্ঞান লৈবা (Scholars) শিংনা মমাংঙৈগী স্বর ৭ অসিদা রসশিং অসিবু অস্নুন্না ফোংদোক্লি।

(১) সা অমসুং রে দা বীর, রৌদ্র, অমসুং সান্ত-রস।

(২) ম অমসুং প দা হাস্য অমদি শৃঙ্গার রস।

(৩) গ অমসুং নি দা করুন রস।

(৪) ধ দা বীভত্স অমদি ভয়ানক রস। অস্নুন্না পীরম্মী।

অদুগা হিন্দুস্তানি সঙ্গীতকী চৎনবীদা পন্দিত ভাৎখন্দেজীনা রাগগী কাংলুপ (Group) অসি অদুম থোক্না খাইদোক্লদুনা রসশিং অসিবু অস্নুন্না পীরি:— রে অমসুং ধ কোমল ওইবা রাগ হায়বদি সন্ধিপ্রকাস রাগশিংদা শান্ত অমসুং করুন রস। রে অমসুং ধ তিব্র ওইবা রাগসিংদা শৃঙ্গার রস অদুগা গ অমসুং নি কোমল ওইবা রাগশিংদা বীর রস অসিনচিংবা অসি ফোংদোক্লমই।

মতৌ অস্নুন্না ঈশৈ শকপা, যন্ত্র খোংবা, পুং য়ৈবা, জগোই শাবা, তাল অমদি লয় হায়রিবা শঙ্গীতকী শরুকশিং অসিনা তোঙান তোঙানবা রসশিংবু শেম্মী অমসুং ফোংদোকই।

# অলঙ্কার

মমাংৱৈগী লাইরিক ইবশিংনা অলঙ্কার অসিবু অস্নুম্না হায়রম্মী। মতুদি :— মচু মখল কয়ানা পুনসিন্‌বা অত্থবু "অলঙ্কার" কৌই।

"অলঙ্কার" হায়বদি লৈতেং হায়বনি। ঐখোয় মীওইবগী হকচাংদা লৈতেং কয়ামরুম হাপচিল্লগা ফজহনবগুম্ তোঙান তোঙানবা মওংগী স্ববগী লৈতেংনা ঈশৈ শকপা মতমদা ঈশৈ অত্থবু ফজহল্লি। করিগুম্বা ঈশৈদা স্বরশিংগী মপৈনা লৈতেংলিবা অসিবু "অলঙ্কার" কৌই।

"অলঙ্কার" গী মরমদা অভিনবরাগ মঞ্জরি কৌবা লাইরিক্তা অস্নুম্না হায়রি মতুদি :— থাবল থোক্রবা অহিং, ঈশিং লৈত্রবা ভুবেল, লৈ শাৎত্রবা উরি অমস্তুং লৈতেং য়াউত্রবা মুপী, ফজবা ৱাৎলি। মতৌ অস্নুম্না অলঙ্কার য়াউত্রবা ঈশৈ কৈদৌম্নুংদা মপুং ফানা ফজবা ৱাৎলি।

অলঙ্কার অসিবু "পলটা" হায়নম্নু কৌই। শাস্ত্রশিংনা অস্নুম্না হায় মতুদি ইহান হানবদা ঈশৈ অমস্তুং যন্ত্র তম্বা মতমদা "অলঙ্কার" অসি হান্না তমগদবনি। মরমদি স্বরগী অশেংবা জ্ঞান অত্থু অলঙ্কারদগী ফংই। রাগগী বিসতারনচিংবা তৌবা মতমদম্নু অলঙ্কার অসিদগী মতেং য়াম্না ফংই। জ্ঞান হারবদম্নু অলঙ্কার অসি য়াউই। মতুদি :—

সারে গরে গম গম প -। রেগ রেগ মপ মপ ধ - অস্নুম্না।

অলঙ্কারগী লৈতেং ফজহনবা অসি পুনশিনবনা ওই। মহুদি সা রে গ সা মসিদা আরোহা অমস্তুং আররোহা অনিমক পুল্লি। অসুম্না অনি সুবদসু রে গ ম রে অহুম শুবদসু গ ম প গ মতৌ অসুম্না মথল মথলগী "অলঙ্কার" পুথোকপা য়াই। অহুগা নিংশিং-গদবা অমনা রাগ অহুগী করম করম্বা স্বরনা কোমল ওইবা নত্রগা তিৰ্ব্ব ওইবগে হায়বা অসি য়াম্না মুম্না য়েংহনা "অলঙ্কার" শেমগদবনি অমস্তুং তৌগদবনি।

"বৰ্ণ"

ঈশৈ অমদা তৌগদবা স্বরশিংগী থবক থৌওং খর লৈ। অসিগুম্বা থবক থৌওং অসিবু "বৰ্ণ" কৌই। "বৰ্ণ" মথল মরি থোক্না খাইদোকই। মহুদি :— (১) স্থায়ী বৰ্ণ (২) আরোহী বৰ্ণ (৩) আররোহী বৰ্ণ (৪) সনচারী বৰ্ণ অসিনি।

"স্থায়ী বৰ্ণ"

স্বর অমনা মাগী মফম মফমদা হন্না হন্না হায়বা অহুবু "স্থায়ী বৰ্ণ" কৌই মহুদি :— সা সা সা সা, রে রে রে রে গ গ গ গ অসুম্না "স্থায়ী বৰ্ণ" শেম্মী।

"আরোহী বৰ্ণ"

মখাগী স্বরদগী মথক্কী স্বর ফাউবা চৎলিবা হায়বদি কাখৎলিবা অহুবু "আরোহী বৰ্ণ" কৌই। মহুদি — সা, রে, গ, ম, প, ধ, নি, অসিবু আরোহী বৰ্ণ কৌই।

"আররোহী বৰ্ণ"

অৱাংবা স্বরদগী অনেম্বা স্বর ফাউবা লাকুনা শকইবা অহুবু

"আরোহী বর্ণ" কৌই। মতৃদি:—র্সা, নি, ধ, প, ম, গ, রে, সা অসিবু "আরোহী বর্ণ কৌই।

"সনচারী বর্ণ"

স্থায়ী, আরোহী অমসুং আরোহী বর্ণ অহুম অসিনা পুন্দুনা ওন্থোক ওনশিন তৌই। হায়রবদি বর্ণ অহুম অসি পুন্সিন্দুনা "সনচারী বর্ণ" শেম্মী। অসিগুম্বা অসিবু "সনচারী বর্ণ কৌই।

ঈশৈ শকপা অমসুং যন্ত্র খোংবা মতমদা মথক্তা হায়রিবা "বর্ণ" মরি অসি থেংনবীগনি। ঈশৈগী থবক্তা মসি য়াওদনদি চৎনদে।

"বাদি"

করিগুম্বা রাগ অমদা স্বর অতৈদগী হেন্না শিজিন্নহুনা রাগ অদুগী অশেংবা মওং ভাক্লিবা খাইদগী থোইদোক হেন্দোক্না শিজিন্নরিবা স্বর অদুবু "বাদি" স্বর হায়না কৌই। মসিবু "জীব স্বর" হায়নসু কৌই। মরম অদুনা স্বর অসিবু রাগ অদুগী নিংথৌনি হায়নসু খঙনৈ।

"সম্বাদী"

বাদি স্বরদগী থরা ভাবা অদুগা অতৈ স্বরদগী থরা হেন্না শিজিন্নবা অদুগুম্বা স্বর অদুবু "সম্বাদী স্বর" হায়না কৌই। স্বর অসি বাদি স্বরগা য়াম্না মরি লৈনৈ। মরম অদুনা মসিবু রাগ অদুগী মন্ত্রিনি হায়না লৌনৈ।

"অনুবাদী"

স্বর অসিবু "রাগ" দা শিজিন্নরবদি রাগ অদুগী মওং মতৌ অদু কাই হায়রবদি মাংথি। অসুম তৌহুনা করিগুম্বা রাগ অমদা য়াউবা

য়াদবা স্বর অহুবু "বিরাদি স্বর" হায়না কৌনৈ। মসিবু রাগ অহুগী "শত্রু" য়েরুবা স্বর হায়নস্রু কৌই। অহুগা স্বর অসি বর্চ নত্রগা রার্জিত স্বর হায়নস্থ কৌই।

## "পকড়"

স্বরশিংগী মপৈ অমনি। মসিনা রাগগী মওং মতৌ স্বর অসিনা তাকই। হায়রিবা স্বর মপৈ অসিনা রাগবু খংহল্লি। অসিগুম্বা রাগবু, তশেং তশেংনা খংহল্লিবা স্বরশিংগী মপৈ অসিবু "পকড়" কৌই। তোঙান নোঙানব' রাগশিংগী তোঙান তোঙানবা "পকড়" লৈ।

## "গত"

রাগদা শেমলবা সা, রে, গ, ম, খরা তাল কাইদনা, করিগুম্বা যন্ত্রদা খোংই। অসিগুম্বা রাগনা পুল্লবা করিগুম্বা যন্ত্রা অমদা খোংলিবা সা, রে, গ, ম, না শেমহুনা খোংলিবা অসি "গত" কৌই। মতৌ অস্মুন্না ঈশৈদস্থ তানশিং অমদি পলতা শিজিন্নৈ। মতৌ অস্মুন্না "গত" তা "তোরা" অমস্থং তানশিং, তিহায়শিং অমস্থং থালা শিজিন্নহুনা "গত" শেম্মী।

## "রাজাখানি গত"

হায়রিবা "গত" অসি দ্রুত লোইদা হায়বদি য়াম্না য়াঙনা খোংগনি। অসিগুম্বা য়াঙনা হায়বদি খুজিন্না খোংলিবা অসিবু "রাজাখানি গত" কৌই।

## "মসীতখানি গত"

গত অসি বিলম্বীত লয়দা হায়বদি য়াম্না তপ্না-তপ্না খোংগনি। অসিগুম্বা অসিবু "মাসীতখানি গত" কৌই।

"ঘসীত"

স্বর অমদগী স্বর অমা ফাউবা লাকপা মতমদা মতুপ্-মতুপ্ কক্তনবগীদমক্, থুংশা অমনা শিংতুনা (চিংতুনা) চংপা অদুবু "ঘসীত" কৌই।

"মীড়"

করিগুম্বা মথক থংবা স্বর নত্রগা মতুং থংবা স্বর অনি নত্রগা অদুমদগী হেনবা স্বরশিং লেপ্তুনা তংহনদনা ঈশৈ শকইবা অমদি খোংইবা অদুবু "মীড়" কৌই। মতুদি :— প, ধ, নি, র্সা অসিনি। মসিদা পঞ্চমদগী লৌরগা তার ষড়জ ফাউবা "মীড়" উবা ফংই। অসুম্না "প" দগী "সা" ফাউবা য়াম্না সুংশিনা থোংনা মেংনা ঈশৈ শকনি। মতুগী মতুংদা লৈরিবা 'ধ' অমসুং 'নি' স্বর অনি অসি হায়সু হায় অতুগা খোঞ্জেলসু (মখোনসু) কক্ কক্তুনা তাদে। মতৌ অসুম্না "মীড়" গী থবক অসি তৌই।

"সুত"

"সুত" অমসুং "মীর" অনি অসি অসুম্না খেন্নে। মতুদি মীড়গী থবক অসিনা ইশৈ অমসুং শিতারনচিংবা মিজরাবনা খোংবা যন্ত্রশিংনা "মীড়" গী থবক অসি তৌই। অতুগা "সুত" কী থবক্সা বোনা খোংবা যন্ত্রশিং হায়বদি ভায়োলিন, সারঙ্গী অমসুং দিলরুবা অসিনচিংবা যন্ত্রশিংনা অয়াম্বা শিজিন্নে।

"গমক"

স্বরশিংদা হন্না-হন্না হায়বনা মরম ওইদুনা খোঞ্জেন অসি নিক্তুনা খোক্লকই। মহুদা চীং লেম্না উচারোন তৌরিবা অদুবু

"গমক" কৌই। মহুদি :— সা আ আ আ রে এ এ এ অমস্তুং গ আ আ আ অসিনি।

"কন"

করিগুম্বা স্বর অমা উচ্চারোন তৌবা মতমদা স্বর অহুগী অমাং নত্রগা মনিংগী স্বরবু য়ামদনা খজিক্তং শোকপা অহুবু "কন" কৌই। মহুদি :— নি/সাঁ অসিদা, নিষাদ অসি খজিক্তং শোক্তুনা সা দা অমুক লাকনি মতো অস্থুম্মা সা অসি নিষাদ কী "কন" কৌগনি।

"আলাপ"

ঈশৈ শকপা অমদি যন্ত্র খোংবশিংনা মহাক্কী ঈশৈ মত্রগা যন্ত্রদা রাগগী মতুংইমা খিলখীদ লয়দা য়াম্মা তম্মা চীং লোম্না রাগ অহুগী স্বর অহু শন্দোক্না কনম্মা রাগনো হায়বা অহু উৎলককই, হায়বদি কম্নি রাগনো হায়বা অহু তারককই। অসিগুম্বা রাগ অহুবু শন্দোক্না তাক্লিবা স্বরশিং অহুবু "আলাপ" কৌই। আলাপ অসিবু "স্বর-বিস্তার" হায়নসু কৌই। মহুদি বিলাবল রাগগী স্বর বিস্তার অমুম্না পীরি :— প রে, সা সা, রে সা, প, ম, গ প, ম গ, ম রে সা অসিনচিংবা অসিনি।

"তান"

তান হায়বা অসি স্বরশিংগী মপৈ অমনি। মসিদগী রাগগী বিস্তার তৌই। করিগুম্বা রাগগী বিস্তার তৌক্তম ওইরিবা স্বরগী কাংলুপ অসিবু "তান" কৌই। মহুদি :— সা রে গ ম গ রে সা নত্রগা সা নি ধ—প ম গ রে সা অসিনচিংবা। স্বরশিংবু শন্দোক্ত-বগীদমক্ "তান" হায়বা 'সব্দ' অসি পোকই। তান হায়বসি

মখল মখলগী লৈ। মহুদি শুধ-তান, কুট-তান, মিশ্র-তান অমদি গমক-তান অসিনচিংবা অসিনি।

"ঝালা"

স্বর অমগা লোয়ননা অনিশুবা ফমদা থোকইবা অদুবু "ঝালা" কৌই। মহুদি :—নি̇ সা̇ সা̇ সা̇, মি সা̇ সা̇ সা̇, মি লা̇ সা̇ সা̇, সা̇ সা̇ সা̇ সা̇ নত্রগা সা̇ সা̇ সা̇ প, সা̇ সা̇ সা̇ সা̇, সা̇ সা̇ সা̇ প সা̇ সা̇ সা̇ সা̇ অসিনি।

মসিদা স্বর অমবু লেংদনা থম্নগা অতোপ্পা স্বরশিংবু শিজিন্নহুনা থোকই। মসি তাবা মতমদা লৈ পরেং লেংবগুম্না শন্নবা তাই। "ঝালা" অসি তার বস্ত্রশিংদগী অয়াম্বা তাবা ফংই। মসিদা তোঙান তোঙানবা মখল মখলগী হোংদোক হোংজিন তৌহুনা "ঝালা" থোংগনি।

"সঙ্গীতকী হৌরকফম"

সঙ্গীত কালাগী হৌরকফমগী মরিদা করম্বা মতমদগী হৌরকই অমসুং কদাইদগী লাকপা হায়বা অসি অথং অহৈশিংগী মোং মতুংইন্না তোঙান-তোঙানবা মোং লৈ। মহুদি :—

সঙ্গীতকী হৌরকফম অসি ইহান হানবদা "ব্রহ্মা" না পুথোকই। ব্রহ্মানা মহাদেবদা পী (তম্বী) মহাদেবনা সরস্বতিদা তম্বীবা হৌই। সরস্বতিনা "নারদ" দা তম্বী। "নারদ" না সর্গদা লৈবা গন্ধর্ব অমদি কিনারা ভগোইশাবীশিংদা সঙ্গীতকী শিক্ষা অসি তম্বীখি। মহুদগী হৌহুনা "ভারত", "নারদ" অমসুং

"হনুমান", মহা ঋৃশিসিং অসিনা য়ানতুনা সঙ্গীত কলা অসিবু পৃথিবীদা শন্দোক্লকখি। লোইননা য়াহোংদগী "সা" নোংগৌবীদগী "রে" হামেংদগী "গ" কাক্তগী "ম" কোকিলদগী "প" হঙোইদগী "ধ" শামুদগী "নি" অসুম্না স্বর ৭ অসিবুসু পুথোকখি।

অমনা "নারদ"না চহি কয়া যোগ শাধোন তৌতুনা মহাদেববু নিংজখি। মতুদা মহাদেবনা পেন্নতুনা সঙ্গীত কালা অসি "নারদ" দা পীখি।

মহাদেবনা পারবতিনা ভুমতুনা লৈবা শওং শাদাবু য়েংতুনা মহাক্কী হকচাংগী শরুক খরগী মওং লৌতুনা "রুদ্রবীনা পুথোকখি। অতুগা মহাক্কী মচিন মঙ'দগীসু রাগ মঙা পুথোকখি। তরুকশুবা রাগনা পারপতিগী মচিন্দগী পুথোকখি।

মহাদেবনা নোংপোক, নোংচুপ, খা-য়াং অমসুং অকাস মায়কৈ মঙাবু য়েংতুনা ভৈরব, হিন্দোল, মেঘ, দিপক, অমসুং শ্রী রাগ পুথোকখি। অতুগা পারপতিনা কৌশিক রাগ পুথোকই।

অমনা মরোল অহুমগী মপু ওইরিবী গৌরি (পারবতি) না সনাগী সিংহাসন মথক্তা ফমতুনা লৈবতু উবদা মহাদেবনা জগোই শানিংলতুনা জগোই শাবা হৌখি। মতম অতুদা লাইয়াম খুদিংমক লাকখি। মতুদা সরস্বতিনা বীনা খোংই, ইন্দ্রনা বেনু. ব্রহ্মানা করতান য়ৈ, লক্ষ্মিনা ইশৈ শকই, বিষ্ণু ভগবান্না মৃদঙ্গ য়ৈ। অসুম্না লাই ময়াম পুন্দুনা ইশৈ শকই। জগোই শাই অমসুং পুং য়ৈখি। মতৌ অসুম তৌতুনা সঙ্গীত কলা অসি পুথোক্লম্মী হায়না অখং অহৈশিংনা মোৎ পীরি। মরম অতুনা

মথক্তা হায়রিবা অসিনস্থ ওইরম্বা য়াই। সঙ্গীতকা ঈশ্বরগা মরি লৈনৈ হায়রিবা অসি। অসুম্না সঙ্গীতকী হৌরকফম অসি তাক্লম্মী।

# বেহলাগী হৌরকফম

বেহলাগী হৌরকফমগী মরমদা হায়বদি পুথোক্লম্বগী মরমদা অসুম্না হায় মতুদি:—

বেলা হায়বা যন্ত্র অসি অথং অহৈশিংগী মোৎ মতুং ইন্না মীরৈবাক্কী যন্ত্র ওইনা লৌনৈ। যন্ত্র অসি ঐখোয়গী ইরৈপাক্তস্থ য়াম্না খোংই। যন্ত্র অসিগী হৌরকফম হায়বদি পুথোক্লম্বগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মোৎ লৈ। Violin পুথোকপগী মরমদা মসিনা অশেংবনি, মফম অসিদগী হৌরকপনি হায়বা অশেংবা হায়বা ভমদে, তৌইগুম্বস্থ যন্ত্র অসিগী মরমদা খুদম ওইনা পল্লবদা ১৬ শুবা শতাব্দিগী ময়াইদগী হৌজিক ফাওবা চৎনরি।

Violin পুথোকপগী মরমদা মোৎ "৩" থক চৎনরি। মোৎ অমগী মতুংইন্না অসুম্না হায়রি মতুদি ইশাগী চহী লিশিং ৫০০০ হায়বদি 5000 B.C. গী মমাংদগী শ্রীলংকাদা পাল্লম্বা নিংথৌ রাবোন্না তাম্না অমথক্তা পানবা যন্ত্র অমা পুথোক্লম্মী। হায়রিবা

যন্ত্র অসি "বো" ( bow ) হায়বদি শা মমৈনা লিরুংগুম্না তিংহ্নবা খোংলম্মী। যন্ত্র অসিগী মমিং "রাবোনাস্ত্রম" কৌই। হায়রিবা তারা অমথক্তা পানবা যন্ত্র অসি ১২ শুবা সতাব্দিগী অরোইবদা ভারতবর্ষ অসিদগী হৌখিহ্না "পরশিয়া", "আরবিয়া", "স্পেন" অমসুং "ইউরোপ" য়ৌখি। মহুগী মওং লৌহ্না Violin অসি শাখি।

২ শুবা মোংকী মতুংইন্না অসুন্না হায় মহুদি :— "রিবেক" ( Reback ) কৌবা তারা অহুম পানবা যন্ত্র অমা ফংই মহু ১৬ শুবা শতাব্দিগী অহানবদা চংনরম্মী। মহুগী মওংদা ( Viol ) বায়োল কৌবা তারা ৬ পানবা যন্ত্র অমা পুথোক্রম্মী। মতৌ অসুম তৌহ্না ২ শুবা মোংকী মতুংইন্না অহানবা "রিবেক" কী মওংদা Violin গী মওং অসি পুথোকখি।

৩ শুবা মোংকী মতুংইন্না অসুন্না হায় মহুদি টিফেন্-ব্রুকর্স ( Tiffenbruckers ) কৌবা German মচা অমনা "বেনেশিয়া" ( Venetia ) অমসুং লোমবার্ডী ( Lombardy ) হায়রিবা মফম অনি অসিদা "লুট" ( Lut ) কৌবা তারা ৬ পানবা যন্ত্র অমা য়াম্না চংনরম্মী। মহু জরমন মচাশিংনা লোম-বার্ডীদা লৈবা "গাসপেরো-ডী–সেলো" ( Gasparo-di-Salo ) কৌবা মুপা অমনা ইহান হানবদা ১৬ শুবা শতাব্দিদা Violin গী মওং অসি পুথোকখি। মরম অহুনা রাবোন্না পুথোক্লম্বা রাবোনাস্ত্রম গী মওং লৌই হায়হ্না ভারতবর্ষদগী হৌখিবনিসু হায় অহুগা কনা কনাগুম্বনা Germen গী Viol গী মওং লৌই হায়হ্না মীরৈবাকীনি হায়নৈ।

Lut কী মওং লৌহ্না শাবা য়েংলুরবদি যন্ত্র অসি মীরৈবাক্কী হায়বদা থোইদোক্লা লাক্লোই।

"বেলাগী তোঙান তোঙানবা শরুক"

বেলাগী তোঙান তোঙানবা শরুক কয়ামরুম থোক্লা খাইদোকই। মহুদি :— বোডি ( Body ) বেলী (Belly) রিবস (Ribs) নেক ( Neck ) হেড ( Head ) পেগস ( Pags ) নট ( Nut ) ফিঙ্গর বোর্ড ( Finger Board ) ব্রিজ ( Brige ) টেল-পিস ( Tail-Piece ) সাউন্দ-হোল ( Sound-Holes ) বটন ( Butten ) সাউন্দ পোস ( Sound-Post ) বাস-বার ( Bass-Bar ) এডজসতর ( Adjuster ) অমসুং চিনরেসত ( Chin-Rest ) অসিনচিংবা অসিনি।

Body, বোডি :— বেহলাগী মশা অপুম্বা অসিবু Body কৌই। মহুংদা হোহ্না লৈবা মরমনা খোঞ্জেন অহু ভংহ্না লৈ। মসিবু বেলি হায়নসু কৌই।

Belly, বেলী :— বেলাগী মথক থংবা শরুক্তা, উনা শাবা Brige ভোংহ্না লৈবা থবাক অসিবু Belly কৌই।

Ribs, রিবস :— বেলীগী মাইকৈ মরিদা কোইশিনহ্না ফাহ্না লৈরিবা অহুবু "রিবস" কৌই।

Nick, নেক :— ফিঙ্গর বোর্ডকী মথাদা লৈবা শরুক অহুবু "নেক" কৌই।

Head, হেড :— খুতিশিং লৈননবা হায়বদি য়ুংনমবা Violin গী মতোন অরোইবা শরুক কোইশিন্দুনা লৈরিবা অসিবু "হেড" নত্রগা Scroll কৌই।

**Pags,** পেগস :— বেহলাগী খুতিশিং অসিবু "পেগস" কৌই।

**Nut,** নট :— ফিঙ্গর বোর্ডকী অরোইবদা অপাবা উ মচা অমা খুতিশিংগী মখাদা হাপ্পী। অসিগুম্বা অসিবু "নট" কৌই।

**Finger Board** :— বেলাগী তারাশিংগী মখাদা অমুবা উ অমা লৈ। মহুদা তারাশিংগী মথক্তা খুৎশাশিংনা নমহুনা অমদি **Bow** না তারাশিংদা লেন্দুনা খোঞ্জেন থোকহলি। অসিগুম্বা তারাগী মখাদা লৈবা উ অমুবা অসিবু **Finger Board** হায়না কৌই।

**Brige,** ব্রিজ :— ফিঙ্গর বোর্ডতগী খরা চৎথোক্লগা বেলাগী মথক্তা অপিকপা উগী মচেং অমা থম্মী। মহুগী মথক্তা তারাশিং তিংহুনা খুতিশিং তান্না পুখি। অসিগুম্বা উগী মচেৎ অসিবু "ব্রিজ" কৌই।

**Tail-Pice,** তেল পিস :— "ব্রিজ" গী মতুংদা অমুবা মচুগী অপিকপা উগী মচেং অমা লৈ। মহুদা মখুল মরি হুংলি অমসুং মখুনশিং অহুদগী তারাশিংনা তিংবা হৌখিহুনা ব্রিজগী মথক্তা চং-খিহুনা খুতিশিং তান্না পুখি। অসিগুম্বা মখুন মরি হুংপা অমুবা উগী মচেং অসিবু **Tail-Pice** কৌই।

**Sound Holes,** সাউন্ড হোল :— বেলাগী মথক্ থংবা শরুক্তা ব্রিজগী নাকন অনিমক্তা অচৌবা মখুন অনিথক্ অঙ্গরেজীগী f কী মওং মান্না লৈ। অসিগুম্বা মখুন অসিবু **Sound-Holes** হায়না কৌই।

**Button**, বটনঃ— বেলীগী মঙ্গাদা মথল অমগী নত মানবা অমা হাপ্পী। মহুদগী তেলপিস হাপ্পী। অসিগুম্না অসিবু "বটন" কৌই।

Sound-Post, সাউণ্ড-পোসতঃ— বেলাগী মঘুংদা **Briged** গী মপামক্তদা **Briged** গী য়েংথংবা শরুক্তা ইঞ্চি অনি শাংবা উ মচেৎ অমা চপ হুংনা লৈ, অহুনা **Violin** গী খোঞ্জেন ফজহল্লি অহুগা অমুকস্ন বেলীবু মপাঙ্গল কলহনবা মতেংস্নু গী অসিগুম্না চৈ অহুবু Sound-Post কৌই।

**Bass-Bar**, বাস বারঃ— বেহলাগী মঘুংদা ব্রিজগী য়েংথংবা শরুক্তা উ মচেৎ অমা নপ্পী। মহুনা বেলীগী মপাঙ্গল কলহল্লি। অসিগুম্না নপ্পীবা অসিবু "বাস-বার" কৌই।

Adjuster, এজসতর :— অপিকপা Steel গী Scrow অমনি। মহুনা **Tail-Piece** তা হাপ্পী অহুগা তারাশিং তিংই অমস্নুং মহুনা অশেংবা তারাশিংগী খোঞ্জেল পুথোরুবগী মতেং পাংই। মসিবু "এজসতর" কৌই।

Chin-Rest, চিন-রেস্ত :— অপিকপা উগী মচেৎ অমা বেলীগী মতাইদা নপ্পী মহুদা থদাং থম্মী, মসিবু "চিন-রেস" কৌই।

"বো" ( Bow )

**Violin** খোংননবগী মথল অমগী লিরুংনি। মসিনা **Violin** গী তারাশিংদা লেন্দুনা খোংনৈ। মসিবু "বো" কৌই।

বোগী শরুক মঙা থোক্না থাইদোকই। (১) স্তিক অপিকপা চৈ ( Stick ) (২) হিয়ার ( Hair ) বোগী শম্ (৩) স্ক্রু ( Scrow )

বোগী অনোপ অতিং শান্নবা (৪) নট ( Nut ) Scrow না অনোপ অতিং শান্নবগীদমক্ Scrow গী মনাক্তা লৈবা মভোন্দগী তিংজ্না চৎলি। (৫) হেড ( Head ) নত্রগা পোইন্ত ( Point ) বোগী অরোইবা শরুক অসিনচিংবা অসিনি।

"রোজিন" ( Rosins )

বোগী শমশিংদা নান্নবা পোৎচঙ অমনি অসিবু "রোজিন" কৌই।

**Violin তারা মরি অমসুং পানবগী মওং।**

Violin দা তারা মরিথক পালি। মখোইশিং অহু মথং-শিংনা G. D. A. E. কৌই। মসিবু পানবগী মওং অসি তোঙান তোঙান লৈ।

অহানবদা :— প় সা প সা অসুম্না পানবসু ম্নাই। মসিদা মন্দ্র সপ্তকী প় মধ্য সপ্তকী "সা" মধ্য সপ্তকী "প" অমসুং তার সপ্তকী সা ওইগনি।

২ শুবা মওংদা :— সা় প় সা প মতৌ অসুম্না শেম্মী। মতুদি অহানবগী তারা অনি অসি মন্দ্র সপ্তকী প় অমসুং "সা" দা শেম্মী অহুগা লেমহৌরিবা তারা অনি অসিবুনা মন্দ্র সপ্তকী সা অমসুং "প" দা শেম্মী।

অহুমশুবা মওং :— ম় সা প রে অসুম্না শেম্মী। ম় সা প রে—অহানবা মন্দ্র সপ্তকী ম় ২ শুবা অমসুং ৩ শুবা তারানা

মধ্য সপ্তকী "সা" অমসুং "প" অদুগা ৪ শুবা তারানা তার-সপ্তকী "রে" দা শেম্মী। অসিগুম্বা মওং অসি ভারতা য়াম্না চৎনৈ। কর্নাতিক সঙ্গীতকী চৎনবীদসু Violin গী স্বর শেম্বগী মওং অসি হিন্দুস্তানি সঙ্গীতকী মওংগুম্না লৈ। মখোইগীসু মখোইগী Violin গী তারা মরি অসিবু সা প সা প মথং মনাউ নাইনা শেম্মী। নোংচুপলোমগী সঙ্গীতকী চৎনবীদসু Violin গী স্বর তোঙানবা মওংদা শেম্মী। মখোইগীনা মখোইগী Violin-দা তারা মরি অসিবু ম সা প রে স্বরশিং অসিদা মথং মথং শেম্মী। মতৌ অসুম তৌদুনা অঙ্গ্রেজি সঙ্গীত খোংবা মতমদা খুদোংচাবা ফংই।

হিন্দুস্তানিগী স্বর শেম্বা মওংদসু Ehglish Music খোংবা য়াই তৌইগুম্বসুং ম সা প রে স্বরশিং অসিদা তারাশিং অসি শেম্লগা English Music খোংবা লাইনা থোকই। অদুগা Uropean শিংগী মওংদসু Violin গী স্বর শেম্লগা হিন্দুস্তানি Music খোংবা য়াই অমসুং হিন্দুস্তানি সঙ্গীত খোংবা কাংবুনা নহাক্কী Violin গী তারা মরি অসি ম সা প রে শেম্লগা Hindu-stani Music খোংই। মওং অসি চৎনু চংনৈ। মরম অসিনা Violin গী স্বর শেম্বা অসি মখল অহুম থোক্লা লৈ। মদুদি ঃ—

১। সা প সা প।

২। প সা প সা।

৩। ম সা প রে। অসিনি।

খংজিনগদবা অমনা Violin খোংদ্রিঙৈগী মমাংদা তারা

মরি অসি কজনা স্বর চানা শেমগদবনি। মরমদি তারাশিংসিদগী কজবা খোঞ্জেন খোরক্কবগীদমক। অতুগা "বো" অত্থু খোংবা মুংঙাইনবা মওংদা লিংহনগনি অমসুং খোংবা লোইরবা মতুংদা Bow অত্থু নোপহনগনি।

## Violin (বেহলা) খোংবগী মওং

ঐখোয়না Violin খোংবা মতমদা Bow না তারাশিংদা লেন্দুনা খোংগনি। D গী তারাদা Bow না লেনহুনা "সা" পুখোকই অতুগা অমুক খুদোম্বী থাদহুনা "রে" পুখোকই, খুয়াই থাদহুনা "গ" খুনিংথৌ থাদহুনা "ম" পুখোকই। অতুগা অমুক Bow না "A" গী তারাদা লেন্দুনা "প" পুখোকই অহানবগী মতৌগুম্না "A" তারাদা খুদোম্বী থাদহুনা "ধ" খুৎয়াইনা "নি" অমসুং খুনিংথৌ থাদহুনা তার "সা̇" পুখোকই। অতুগা গমক অমদি মিরনচিংবা খোংবা মতমদদি খুৎশা অমখক্তনা তারা১ দা শিংহুনা হায়বদি ইন্দূনা খোংগনি।

Violin গী খোঞ্জেন অসি য়াম্না মেংই অমসুং য়াম্না মুংশি। মরম অহুনা খোংদ্রিঙৈগী মমাংদা হাম্না স্বর চানা (কজনা) শেমগদবনি। অতুগা Bow অত্থু ইশাগী মুঙাইনবা মওং য়েংহুনা লিংহনগনি। খোঞ্জেন মুংশিনবগীদমক Bow গী শমদা Rosin নানগদবনি। খা ভারত্তু অমদি Hindustani Classical খোংবা Violines শিংনা খোংগ্রাই চন্দূনা খোং নামগী মথক্তা "বেলা" কপ্পা খোংবৈ। অতুপা ১ না ফিলম অমদি Western

Music খোংবশিংনবি লেংবান্দা "বেলা" থম্নগা চৌক্রিদা নত্রগা লৈমায়দা ফমহুনা খোংবৈ। অদুবু Hindustani Classical খোংবা মতমদদি লেংবান্দা থম্বা অসি অয়াম্বনা চংনদে। খোঙ্গ্রাই চন্নগা খোং স্নেৎকী মথক্তা বেলাগী মতোন থাঙ্গংতুনা থবাক্তা শাহনা থমহুনা খোংবা অসি অয়াম্বনা চংবৈ।

Violin দা রাগ অমা মপুং ফানা খোংবা অরাইবা নত্তে। অদুনা Violin খোংবা মতমদা পুক্লিং, য়াথল চোইথোক্লোইদবনি। লয়, তান, অমদি খোংইবা রাগ অদুগী ভাব কাইবা য়াদে। মরম অদুনা পুক্লিং লুপ্না রাগ অদুগী স্বর, লয়, তালবু নিংশিংগদবনি।

# চৎনরিবা তান খরা

## কাহরবা ( মাত্রা ৮ ভাগ ২ তালী ১ খালী ১ )

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ |
| ঠেকা :— | ধা | গে | না | তি | না | ক | ধি | ন |
| তালগী খুদম | × | | | | ০ | | | |

তান অসি অহানবা মাত্রাদা শোম অতুগা ৫ শুবা মাত্রাদা খালি ওইগনি।

## দাদরা ( মাত্রা ৬ ভাগ ২ ) খালি ১ সম ১

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
| ঠেকা :— | ধা | ধি | না | ধা | তি | না |
| তালগী খুদম :— | × | | | ০ | | |

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা "সম" মরিশুবা মাত্রাদা খালি ওইগনি।

## ঝপতাল ( মাত্রা ১০ ভাগ ৪ )

| | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ | ৯ | ১০ |
| ঠেকা :— | ধি | না | ধি | ধি | না | তি | না | ধা | ধি | না |
| তালী খুদম :— | × | | ৩ | | | ০ | | ২ | | |

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা শোম ৩ শুবা মাত্রাদা ২ শুবা তালি ৬ শুবা মাত্রাদা খালি অমসুং ৮ শুবা মাত্রদা ৩ শুবা তালী লৈগনি।

## ত্রিতাল ( মাত্রা ১৬ ভাগ ৪ )

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ | ৮ |
| ঠেকা :— | ধা | ধিন | ধিন | ধা | ধা | ধিন | ধিন | ধা |
| তালগী খুদম | × | | | | ২ | | | |

| ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ | ১৫ | ১৬ |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ধা | তিন | তিন | তা | তা | ধিন | ধিন | ধা |
| ০ | | | | ৩ | | | |

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা শোম ৫ শুবা মাত্রাদা ২ শুবা তালী ৯ শুবা মাত্রাদা খালি অমসুং ১৩ শুবা মাত্রাদা ৩ শুবা তালি থাগনি ।

## "রুপক" মাত্র ৭ ভাগ ৩

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ঠেকা :— | তীন | তীন | না | ধী | না | ধী | না |
| তালগী খুদমঃ— | × | | | ২ | | ৩ | |

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা শোম মত্রগা খালী ওই ৪ শুবা মাত্রাদা ২ শুবা তালি ৬ শুবা মাত্রাদা ৩ শুবা তালি অমসুং অহানবা মাত্রাদা খালিসু ওইনৈ ।

## ধমার মাত্রা ১৪ ভাগ ৪

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা:— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ঠেকা:— | কত | ধী | ত | ধী | ত | ধা | S |
| তালগী খুদম | × | | | | | ২ | |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ |
| গ | তি | ত | তি | ত | তা | S |
| ০ | | | ৩ | | | |

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা শোম ৬ শুবা মাত্রদা ২ শুবা তালি ৮ শুবা মাত্রাদা খালি অমসুং ১১ শুবা মাত্রাদা অহুমশুবা তালি থাগনি ।

## “একতাল” মাত্র ১২ ভাগ ৬

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা:— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
| ঠেকা:— | ধীন | ধীন | ধাগে | তেরেকেতে | তুন | না |
| তালগী খুদম | × | | ০ | | ২ | |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ |
| কৎ | তা | ধাগে | তেরেকেতে | ধীন | না |
| ০ | | ৩ | | ৪ | |

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা শোম অহুমশুবা মাত্রাদা খালী ৫ শুবদা ২ শুবা তালী ৭ শুবদা খালীগী তালী ৯ শুবদা অহুমশুবা তালী অমসুং ১১ শুবদা ৪ শুবা তালী লৈগনি ।

## "দীপচন্দী" মাত্রা ১৪ ভাগ ৪

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ঠেকা :— | ধা | ধী | s | ধা | গে | তিন | s |
| তালগী থুদম — | × | | | ২ | | | |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ |
| তা | তিন | s | ধা | গে | ধীন | s |
| ০ | | | ৩ | | | |

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা শোম ৪গুবা মাত্রাদা ২গুবা তালী ৮গুবা মাত্রাদা খালী ১১গুবা মাত্রাদা ৩গুবা তালী লৈগনি।

## চৌতাল মাত্র ১২ ভাগ ৬

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ |
| ঠেকা :— | ধা | ধা | ধীন | ধা | তিত | ধা |
| তালগী থুদম:— | × | | ০ | | ২ | |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৭ | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ |
| ধিন | ধা | তিত | কত | গদি | গিন |
| ০ | | ৩ | | ৪ | |

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা শোম অহুমগুবা মাত্রাদা খালী মঙাগুবা মাত্রাদা ২গুবা তালী ৭গুবা মাত্রাদা খালী

৯শুবা মাত্রাদা অহুমশুবা তালী অমসুং ১১শুবা মাত্রাদা ৪শুবা তালী লৈগনি।

## ঝুমরা মাত্রা ১৪ ভাগ ৪

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| মাত্রা :— | ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ঠেকা :— | ধীন | ধীন | নক | ধীন | ধীন | ধাগে | তিরকিত |
| তালগী খুদম | × | | | ২ | | | |
| | ৮ | ৯ | ১০ | ১১ | ১২ | ১৩ | ১৪ |
| | তীন | তীন | নক | ধীন | ধীন | ধাগে | তিরেকিত |
| | ০ | | | ৩ | | | |

## ঝুমরা তাল

তাল অসি অহানবা মাত্রাদা "সম" ৪শুবা মাত্রাদা ২শুবা তালী ৮শুবা মাত্রাদা খালি অমসুং ১১শুবা মাত্রাদা ৩শুবা তালী লৈগনি।

# "রাগ য়মন"

য়মন রাগ কল্যান ঠাটতগী পোকই। রাগ অসিদা মধ্যম তিব্র অমস্তুং স্বর অতৈনা শুধ ওইগনি। রাগ অসিগী শকপা অমদি খোংবগী মতমদি হুমিদাংগী অনিশুবা শরুক্তা ওইগনি হায়বদি হুমিদাংগী পুং ৭ তগী ৯ ফাওবগী মতুংদা ওইগনি। রাগ অসি সন্ধি প্রকাস রাগগী মতু দা শকনি। মসি পুর্ব্বাঙ্গ বাদিগী রাগনি, মরমদি রাগ অসিগী বাদি স্বর "গ" না ওইবা মরম্না পূর্ব্বাঙ্গ বাদি রাগ কৌই। রাগ অসি য়াম্না লাইবা অমদি চীং লেপ্পা রাগনি। অয়াম্বা গায়কসিংনা রাগ অসিবু য়াম্না লাইনা শকনৈ। রাগ অসিগী আরোহা অমস্তুং আবরোহা অসি ইতিং তিংই। ইশৈ শকপা অমস্তুং মস্ত্র খোংবা মতমদা রাগ অসিদা আলাপকী শরুক অসি য়াম্না ফজৈ। রাগ অসিদা "গ" অমস্তুং "নি" স্বর অনি অসিবু ফজনা কোংদোক্লবদা মক স্বর অনি অসিদা লেপ্ লেপতুনা ইশৈ শকই। রাগ অসিগী বিসতার "মন্দ্র" "মধ্য" অমস্তুং "তার" হায়রিব সপ্তক অহুম অসিদা তৌই।

য়মন রাগ অসিদা "প" অমস্তুং "রে" স্বর অনি অসি য়াম্না উবা কংই অমস্তুং মতুনা য়াম্না ফজহল্লি। মতুদি :—

নি় রে গ ম প, রে সা, ম প ধ ম প, প রে, নি রে সা.

প ম গ প, রে সা, গ ম প রে, সা ।। অসিনচিংবা অসিনি ।

আরোহা :— সা রে গ, ম প, ধ, নি সা ।

অবরোহা :— সা নি ধ, প, ম গ, রে সা ।

পকর :— নি রে গ রে, সা, প ম গ, রে সা ।

বাদি স্বর গ সম্বাদি নি স্বরনি ।

## অন্তরাগী হৌরকফম

য়মন রাগ অসিগী অন্তরাগী হৌফম অসি মতৌ অসুম তৌনা হৌগনি :— ম গ ম ধ সা নত্রগা ম গ প ধ প সা অসিনচিংবা ।

## কোমল মধ্যম শিজিন্নবা

য়মন রাগ 'অসিদা করি করিগুম্বা মতমদা রাগ অসিবু ফজহন্নবগীদমক বিবাদি স্বরগী মতৌগুম কোমোল "ম" অসি অবরোহাদা শিজিন্নৈ । তৌইগুম্বসুং কোমোল "ম" গী শিজিন্নবা অসি খজিক্তমক ওই ; শিজিন্নবা মওংসু "গন্ধার" অনিগী মরাইদা শিজিন্নৈ । মহুদি :—

গ ম গ, প ম গ রে গ, গ ম গ, রে সা, গ ম প ম গ, রে

গ ম গ, রে সা, নি ধ প ম গ, রে গ ম প, ম গ ম গ রে

গ রে সা অত্তুম্বা শিজিন্নগনি ।

য়মন রাগ অসি মমাংঙে মতমদা "কল্যান" হায়না কৌই। সঙ্গীতকী লাইরিকশিংদসু হায়রিবা অসি অসুম্না ফংই। রাগ অসিবু শন্দোক্লকপা মতমদা 'য়মন' হায়না কৌই। "কল্যান" অমসুং "য়মন" হায়বা মমিং অনিমক অসি অচুম্বনি। কনা কনা-গুম্বনা ম'সিবু "ঈমন" হায়নসু কৌই। হায়রিবা মমিং অসি "অমির-খুসরু" কৌবা মুপা অমনা শন্দোক্লম্বনি। অগুম্না হায়নৈ মতুংদি "অমির খুসরু" না' কল্যান রাগদা শুপ্নগী তীব্র 'ম' দমক শিজিন্নৈ অচুগা কোমল মধ্যম শিজিন্নতুনা মহাক্কী অতোপ্পা মমিং "য়মন কল্যান" থোল্লি। মতৌ অগুম্না য়মন অমসুং কল্যান রাগদা (ম) তীব্র অমসুং কোমল 'ম' অনিমক শিজিন্নতুনা "য়মন কল্যান" থোল্লি। তীব্র ম শিজিন্নতুনা শকপা মতমদা "য়মন" অচুগা কোমল মধ্যম শিজিন্নতুনা শকপা মতমদা "য়মন কল্যান" ওই। তৌইগুম্বসুং মী খরগী মত মতুংইন্না য়মন অমসুং য়মন কল্যান অনি অসি অমতনি হায়নৈ। মখোয়না হায় মতুংদি য়মন কল্যানদা কোমল মধ্যম অসি বিবাদি স্বরগী মতৌগুম্না শিজিন্নৈ অমসুং বিবাদি স্বর মক্কি হায়না লৌনৈ। মরম অচুনা মখোয়গী য়মন রাগবু "য়মন কল্যান" গী মমিংদা অচুমক খংনৈ অমসুং অনিমক গুপ্নবগী থজিক্লমক থেংনবতনি।

## য়মন রাগগী স্বরগী মওং খর

গ রে, সা, নি় রে, সা, নি়, রে গ, রে গ, ম গ, প, ম গ, রে গ, রে নি় রে, সা ॥

নি রে গ, রে সা, সা, নি ধ, নি ধ, প প, ধ নি ধ নি.
রে, গ রে, নি রে গ, রে, নি রে সা ।।

গ গ, প ধ প, সা সা, নি রে সা, নি রে গ রে সা,
রে সা নি ধ, প, ম প, নি ধ প, ম গ রে, প ম গ, রে,
নি রে সা ।

# "অলহৈয়া বিলাবল"

অলহৈয়া বিলাবল বিলাবল ঠাট তগী পোকই। রাগ অসি ষড়ব- সম্পুর্ণ জাতিগী রাগমি। রাগ অসিগী অরোহাদা "ম" স্বর অসি বর্জিত হায়বদি য়াউদে অদুগা আবরোহাদা স্বর পুন্নমক শিজিন্নে। রাগ অসিদা স্বর পুন্নমক শুদ্ধ স্বর ওইগনি। অদুগা করি করিগুম্বা মতমদা আবরোহাদা কোমল "নি" শিজিন্নে।

রাগ অসিগী বাদি স্বর "ধ" সম্বাদি স্বর "গ" ওইগনি। রাগ অসিগী শকপা অনদি খোংবগী মতমদি হুনিং থোক্রবা মতুং পুং ৬ তগী ৯ ফাওবগী মমুং হায়বদি প্রাতকালকা প্রথম প্রহরদা

ওইগনি। 'ধ' না বাদি স্বর ওইবা. মরমনা রাগ অসি উত্তরাঙ্গ বাদি রাগ কৌই।

আরোহা :— সা রে, গ রে, গ প, ধ, নি ধ, নি সাঁ।
আররোহা :— সা নি ধ প, ধ নি̱ ধ প, ম গ, ম রে সা।
পকড় :— গ রে গ প, ধ, নি ধ নি সাঁ নত্রগা ধ নি̱ ধ প, ম গ, ম রে সা অসিনি ।

নিংশিংগদবা অমনা রাগ অসিগী আরোহাদা মধ্যম বার্জিত ওই হায়বদি য়াউদে । অদুগা আররোহাদা কোমল "নি̱" অসি থরদং শিজিন্নে। মরম অদুনা কোমল 'নি' শিজিন্নদুনা শকপা অসিবু "আল্লহৈয়া বিলাবল" কৌই।

মতৌ অমুম তৌহুনা বিলাবল রাগগী আরোহাদা "ম" য়াউদ্রে অদুগা আররোহাদা "নি̱" কোমল অসি থরদং শিজিন্নদুনা "আল্লহৈয়া বিলাবল" অসি ওইরে। আল্লহৈয়া বিলাবল অসি য়াম্নমু চংনৈ। আল্লহৈয়া বিলাবলদা হমির অমসুং বিলাবল অনি অসি পুল্লি হায়বদি তিনৈ। Alahiya Bilawal is a mixtuse of Hamir and Bilawal Ragas. হমিরগী মতৌগুম্না রাগ অসিদসু "গ" অমসুং "নি" অনি অসি বক্র-স্বর ওই। আরোহাদা "নি" বক্র-স্বর মদুদি :— ধ নি ধ সাঁ অমসুং আররোহাদা "গ" বক্র-স্বর মদুদি :— ম গ ম রে সা অসিনি।

রাগ অসিগী স্বরগী মওং মতৌ থর :—

সা রে, গ ম রে, গ প, ম গ ম রে, গ প, ধ নি ধ প,

গ প ম গ, ম রে, গ প, ধ, নি ধ নি, সাঁ, ধ নি ধ প, গ ম রে, গ প, ম গ ম রে সা, ধ নি ধ প. ধ নি সা, রে গ ম রে গ প, ধ নি সাঁ, রেঁ গঁ মঁ রেঁ সাঁ নি ধ প, ম গ ম রে সা ।।

# "খমাজ রাগ"

খমাজ রাগ খমাজ ঠাট তগী পোকই। রাগ অসি ষাড়ব-সম্পুর্ণ জাতিগী রাগনি। মসিগী অরোহাদা "রে" বর্জিত ওই। অতুগা আরোহাদা সমপুর্ণ ওই। রাগ অসিদা নিষাদ অনিমক হায়বদি কোমল অমসুং তীর্ব অতুগা লেমহৌরিবা স্বরশিংনা শুদ্ধ স্বর ওইগনি। রাগ অসিগী আরোহাদা তির্ব 'নি' অতুগা আরোহাদা কোমল "নি" শিজিন্নগনি। রাগ অসিগী বাদি স্বর "গ" অমসুং সম্বাদি স্বর "নি" ওইগনি। রাগ অসিগী শকপা অমসুং খোংবগী মতমদি রাত্রিকা তুসরা প্রহর হায়বদি সুমিদাংগী চাউরাক্লা পুং ৯ দগী ১২ কাওবগী মতুংদা ওইগনি। রাগ অসিদা "গ" না বাদি ওইবা মরম্না পুর্বাঙ্গ বাদি রাগ কৌই।

রাগ অসিগী আরোহা অমসুং অৱরোহা স্বরগী মওং :—
সা, গ, ম, প, ধ নি সাঁ — আৱরোহা সাঁ নি ধ প, ম গ, রে সা — আৱরোহা পকড় :— নি ধ, ম প ধ, ম গ অসিনি।

রাগ অসিবু কনা কনাগুম্বনা "খমাচ" অহুগা কনা কনাগুম্বনা 'খমাজ' হায়না কৌই। তৌইগুম্বগুং খমাজনা অশেংবা মমিংনি অহুগা 'খমাচ' না চুমদবা মমিংনি।

রাগ অসি য়াম্না ফজবা, নিংথিজবা অমসুং য়াম্নসু হুংশিবা রাগ অমনি। রাগ অসি মুসলমানশিংনা পাল্লিঙৈ নতমদা য়াম্না চৎনরম্মী। হৌজিকসু মুসলমান গায়কশিংনা রাগ অসিবু মথোইগীনি হায়বগা লোইননা শকসু শকই।
রাগ অসিদা শ্রীঙ্গার রসকী ফজরবা থম্মোই হুনবগী মশক ওইরবা থুমরি অমসুং গজলশিং য়াম্না তাবা ফংই। রাগ অসি খ্যাল অমদি থুমরিনা অয়াম্বা শক্লে। ধ্রুপদকী শৈশক অসি রাগ অসিদা খরা ৱাৎলি।

## "নি" অনি শিজিন্নবা

রাগ অসিদা "নি" অনিমক হায়বদি কোমল অমসুং তীব্র অনিমক শিজিন্নৈ। তীব্র নিষাদনা আরোহাদা অহুগা কোমল নিষাদনা আৱরোহাদা শিজিন্নৈ। রাগ অসিদা "নি" অনি শিজিন্নবা অসি নিয়ম্না য়াই।

## "প" শিজিন্নবা

রাগ অসিগী আরোহাদা "প" অসি য়াম্না ৱাৎনা হায়বদি

থক্সিক্রমক শিজিন্নৈ। অম্নাম্বনা গ ম ধ নি মতৌ অম্মুম্না শকই অমস্তুং থোংই। রাগ অসিগী অন্তরাগী থোংচৎতা মসিনা অয়াম্বা ওইনা ভৌনৈ। করিগুম্বা স্বর অমদগী হৌতুনা স্বর অমা কাউবা ইশৈ শকপা মতমদা আরোহাদা "প" দা লেপতুনা শক্কবদি রাগগী ফজবা অদু মাংখি। অদু নত্তনা রাগ অসিদা "গ" বাদি স্বর ওই, অদুনা আরোহাদা পঞ্চম অসি অম্নাম্বনা থাদোকই। রাগ অসিগী আরোহাদা "প" থাদোক্তুনা গ ম ধ নি সা অম্মুম্না শক্লে।

ইশৈ শকপশিংনা রাগ অসিগী থোইদোক্লা "গ" "ম" "প" অমস্তুং "নি" স্বর মরি অসিদা থোইদোক হেন্দোক্লা লেপ্পী। রাগ অসি "নি" য়াম্না ফজবা স্বরনি অমস্তুং মদু সোরট রাগগী নি কোমোলগা মান্নৈ। রাগ অসিগী তানশিং হায়বা মতমদা য়াম্না থুনা শকপনা য়াম্না ফজবা হেল্লী।

রাগ অসিগী স্বরগী মওং থর :—

সা, গ, ম প, গ ম, নি ধ, ম প ধ, ম গ, প, ম গ রে সা।
নি, সা গ, ম গ, ম প ধ, ম গ, ম গ প ধ নি ধ, নি সা, নি সা প নি, সা রে সা নি ধ, নি রে সা, নি রে সা নি ধ, গ ম প ধ নি সা নি ধ, ম প নি ধ, ম গ, প ম গ ম গ রে সা।

# "ভৈরব রাগ"

ভৈরব রাগ, ভৈরব ঠাট তগী পোকই। রাগ অসি সম্পূর্ণ জাতীগী রাগনি। রাগ অসিদা "রে" অমসুং "ধ" কোমল অতুগা লেমহৌরিবা স্বর অতৈনা শুদ্ধ স্বর ওইগনি। "ধ" বাদি অমসুং "রে" সম্বাদি স্বরনি। রাগ অসিগী শকপা অমদি খোংবগী মতমদি নুমিং খোকপা মতমদনি হায়রবদি প্রাত-কালদনি রাগ অসি "ধ" না বাদি ওইবা মরমনা উত্তরাঙ্গ বাদি রাগ কৌই।

আরোহা:— সা রে গ ম, প ধ নি সাঁ।

অবরোহা:— সাঁ নি ধ, প ম প, রে সা।

পকড়:— সা, গ, ম প, ধ প অসিনি।

রাগ অসিগী হৌনশা, মওং মতৌ ভৈরব রাগ মমাংতৈগী ওইবা য়াম্না চিংলেম্বা রাগনি। রাগ অসি য়াম্না তপ্না "লোয়দা" রাগ অসিগী স্বরশিং অসিবু য়াম্না শেংনা উচারোন তৌদুনা শকপনা রাগ অসি য়াম্না ফজহল্লি। রাগ অসি য়াম্না অথুবা মওংদা শরুবদি মহাক্কী অশেংবা মওং অতু থম্বদা অরুবা ওই। অতুগা "কলিঙ্গরা" অমদি "রাম-কলি" হায়রিবা রাগশিং অসিগী মমি তাই। রাগ অসিবু শুবহাকা হায়বদি অয়ুক্কী সন্ধিপ্রকাস রাগ হায়না কৌই।

রাগ অসিগী বিসতার মন্দ্র-সপ্তকা অয়াম্বা তৌই। গয়ক বাদকশিংনা মন্দ্র সপ্তকা য়াম্না নেমথনা শরুদে হায়বদি মধ্যম কাওবদমক নেমথনৈ মতৃদি :— সা ধ় প়, ম় প় ধ় সা, রে় রে় সা।

রাগ অসি চীং লেম্বা রাগশিংগী মনুংদগী অমনি। মরম অতুনা অথুবা তানশিংগী থবক ভৌনদে হায়বদি অথুবা তান হায়নদে।

ঘরানেদার অমদি খান্দানি গায়কশিংনা থুমরি শৈশক অসি রাগ অসিদা শরুদে। অসিগুম্বা গম্ভির ওইবা রাগশিংদা থুমরি শকপা ফজবা রাংলি।

## ‘রে়’ অমসুং ‘ধ়’ গী শিজিন্নবা

রাগ অসিদা ‘রে়’ অমসুং ‘ধ়’ স্বর অনি অসি ভৈরবী অমসুং কলিঙ্গরা রাগশিংগী ‘রে়’ অমসুং ‘ধ়’ দগী অতি কোমল হায়বদি হেন্না কোমল ওই। হায়রিবা স্বর অনি অসি মহাক্কী মফমগী নাক য়েংতা হায়বদি মাং তুংদা হায়তুনা লৈ। রাগ অসিগী থোইদোক হেন্দোকপা স্বরদি হায়রিবা স্বর অনি অসিদা লৈ। স্বর অনি অসি মতম লৈবথিবীক্তা হায়তুনতা লৈ। রাগ অসিগী ফজবা পুম্নমক স্বর অনি অসিদগী ওই। খুদমদি :—

সাঁ / গ

ধ়.............. প, ম, প, ম গ ম (ম) রে় .............. সা।

স্বরশিং অসিবু শেংনা চেকশিন্না শরুবদি রাগ অসিগী অশেংবা

মওং অদু ওই। খুদম অসি অন্দোলিত স্বরশিংবু থংননবনি।

ভৈরব রাগগী ফজবা পুম্বা "রে" অমসুং "ধ" স্বর অনি অসিদা লৈ। রাগ অসিদা হায়রিবা অনি অসি মথল মথলগী অন্দোলোন লৈ। কনাগুম্বনা ধ, প, ম গ রে, সা স্বরশিং অসিবু য়াম্না মুংশিনা অমদি চীং লেম্বগা লোয়ননা শকুনা খুদক্তা ভৈরব রাগবু থংবা ঙমহল্লি। স্বরশিং অদুদি :—
"সা ধ, সা, রে রে, সা, ম গ রে সা" অসিগুম্বা স্বরশিং অসিবু শল্লবদি ভৈরবকী শক্তম অদু উবা ফংগনি। মসি নত্রবসু কনাগুম্বনা— "ম গ রে, সা" স্বর মরি অসিভবু মিড় তৌদুনা শল্লবসু ভৈরব রাগ অদুমক উবা ফংগনি। ভৈরব উত্তরঙ্গনা মপুং ওইবা রাগনি অদুগা মসিগী ফজবসু আরোহাদা অয়াম্বা লৈ। মরম অসিনা রাগ অসিদা রে রে সা, ধ নি সা রে রে সা, ম গ রে সা, প ম গ রে সা, ধ প, ম গ রে, গ প ম গ রে সা, অসিগুম্বা স্বরশিং অসিবু য়াম্না মুংশিনা অমদি য়াম্না কমবা খোম্হোক্তা শকুনা তাব্রিবা মীশিংদা রাগ অসিগী মগুণ ফোংদোকই। মসি নত্তদুনা "ম" স্বর অসিবু য়াম্না কম্না উচারোন তৌদুনা মিরগা লোয়ননা "গ" খজিক্তং উৎলকপগা লোয়ননা "রে" দা লাক্লুনা ভৈরব রাগ অসি য়াম্না ফজবা মওংদা থঙহল্লি।

## আরোহাদা "রে" শিজিন্নবা

ভৈরব রাগগী আরোহাদা "রে" স্বর অসি থরা রাংবা শিজিন্নে অমসুং অয়াম্বা ওইনা মসিবু থাদোক্লে। শুপ্পত্তগী উচারোন হৌবদা থুদোং চানবগীদমক অমদি থনাউ মুংঙাইনা হায়নবগীদমক "রে" স্বর অসি শিজিন্নদে। অদুগা অমনা নি সা গ ম প ধ, প ম গ রে সা, অসিনা কপু কজহল্লি।

## আররোহাদা কোমল "নি" শিজিন্নবা

করি করিগুম্বদা ভৈরব রাগগী আররোহাদা কোমল "নি" অসি বিরাদি স্বরগী মতৌগুম্না কজহন্নবগীদমক শিজিন্নে। মতুদি:— ধ নি প, নত্রগা ধ নি ধ প নত্রগা গ ম প ধ নি নি ধ প অসুম্না। অসিগুম্বা কোমল "নি" অসি আররোহাদা য়াম্না চেকশিন্না হৈ শিংনা শিজিন্নবীগ ন নত্রবদি রাগগী মওং মতৌ মাংথিদুনা কজহন্দে। মসি শিজিন্নবগী মওংদি অহানবদা ভার "সা" দা লেপকনি অদুগী মতুংদা কোমল "ধ" দা লাকনি অদুগা অরোইবদা মিড়গা লোয়ননা ধ নি প নত্রগা ধ নি ধ প মতৌ অসুম্না শকনি।

রাগ অসিগী আররোহাদা তীব্র "নি" মিরগা লোয়না উৎতুনা রাগ অসিবু য়াম্না কজবা মওংদা থংহল্লি।

## রাগগী হৌফম

ভৈরব রাগ অসি অয়াম্বনা অসুম্না হৌনৈ । সা, ম গ, ম প, ধ, ধ, প, ম গ রে, গ ম প ম গ রে, রে সা ॥ মত্রগা সা ধ ধ, প ম গ, ম গ রে, গ ম গ রে, সা নত্রগা ধ সা, রে রে সা, ম গ রে, সা অসিনচিংবা অসিনি ।

হায়রিবা মথল অহুমশিমক চৎনৈ ।

## অন্তরাগী হৌফম

গায়ক, বাদক অয়াম্বনা ভৈরব রাগগী অন্তরা হৌবা মতমদা প প ধ, নি সা নত্রগা ম প প, ধ, নি সা, সা ধ, নি সা, রে রে সা ধ, প, অসুম্না হৌনৈ।

## ভৈরব রাগগী স্বর খর

সা, রে, সা, ধ নি সা, রে, সা গ রে ম গ রে, রে সা । সা, রে সা, নি সা, ধ, নি ধ, প, প ধ, নি সা, রে, গ রে, ম গ, রে, প (ম) গ রে, রে, সা ।

সা গ, ধ্, নি ধ্, প, ম প ম গ রে, গ ম প ম গ রে, রে সা

গ ম, ধ্, প। ম প, ধ্, নি সা, নি সা, সা ধ নি সা, রে সা, নি,

সা, ধ, প, ম গ, ম প, ধ, রে সা, নি ধ, ধ, প, ম গ, রে,

সা, গ, ম প, ধ প গ ম রে সা ॥

# "রাগ দেস"

দেস রাগ খমাজ ঠাট তগী পোকই। রাগ অসি সম্পূর্ণ জাতিনি হায়না লৌনৈ। রাগ অসিগী বাদি স্বরদি "রে" অহুগা সম্বাদি স্বরনা "প" নি। কনা কনাগুম্বশিংনা মসিবু 'প' না বাদি অহুগা "রে" তা সম্বাদি স্বরনি হায়নসু লৌনৈ। অহুবু অহানবগী "রে" বাদি অবসুং "প" সম্বাদি ওইব। অসিনা অয়াম্বা চৎনৈ।

রাগ অসিগী শকপা অমদি খোংবগী মতমদি রাত্রিকা তুসরা প্রহর হায়বদি ছুমিদাংগী অনিশুবা শরুক্তনি। রাগ অসিগী মওং অসি সোরঠ কৌবা রাগ অমগা য়াম্না মান্নবা উবা ফংগনি। দেস অমসুং সোরঠ রাগ অনি অসি য়াম্না মান্নবা উই। রাগ অসি অমা শরুবগী মতুংদা অমা শকপদা য়াম্না লুনা মুংঙাইতনা থোকই.

দেস য়াম্না মুংশিবা রাগনি। দেস অমসুং সোরঠ রাগগী আরোহাদা 'গ' বার্জিত হায়বদি শাউদে। রাগ অনি অসিগী আরোহাদা য়াম্না মান্নরবসু আবরোহাদদি খেৎনৈ। অদুদি সোরঠ রাগগী আরোহা অমসুং আবরোহাদা অসুম্না সা, রে রে, ম প, নি সাঁ, সাঁ নি ধ, প, ম রে সা অদুগা দেস রাগগী আরোহা — সা, রে রে, ম প নি প, নি সাঁ আবরোহা —সাঁ নি ধ প, ম গ রে গ সা অসিনি। মতৌ অসুম তৌনা দেস অমসুং সোরঠ রাগ অনি অসিগী খেৎনবা অদু উবা ফংই। দেস রাগগী আরোহাদা 'গ' স্বর অসি য়াউদে অদুগা আবরোহাদ "রে" স্বর বক্র ওই। সা, রে, মপ, নি সা-আরোহা সাঁ নি ধ প, ম গ, রে গ সা আবরোহা পকউ :—রে, ম প, নি ধ প, প ধ প ম ; গ রে গ সা অসিনি।

## রাগ অসিগী স্বরখর

সা, রে রে, ম প, নি ধ প, প ধ ম, গরেগসা রে রে ম, প, নি ধ প, নি সাঁ, সাঁ নি ধ প, ম গ রে, গ সা।

সা নি, সা, পা নি সা, রে গ রে, প ম গ রে, ম ম গ রে, ম প ধ ম গ রে, নি নি ধ প, ম প ধ ম গ রে, সাঁ নি ধ ম প ধ ম গ রে,

প ম গ রে, ম গ রে গ সা, রে রে ম প, নি ধ প ম। ম ম প, নি নি সং, প নি সা, রে, গ রে, ম গ রে প ম গ রে রে, নি সা, রে নি ধ প প, রে ম প নি সা সা রে নি ধ প, ধ ম গ রে. প ম গ রে, ম গ রে, গ সা, রে, ম প, নি ধ প।

# রাগ ভুপালী

ভূপালী রাগ কল্যান ঠাটত্তগী পোকই। রাগ অসি ঔডব-জাতিগী রাগনি, হায়বদি রাগ অসিগী আরোহা অমদি আব্ররোহাদা স্বর ৫দনা শাই। রাগ অসিগী অ রোহা অমদি আব্ররোহাদা "সা" অমসুং 'নি' স্বর থনি অসি মাউদে। রাগ অসিগী স্বর খুদিংমক্ শুদ্ধ ঙাক্তনি। রাগ অসিগী বাদি স্বর 'গ' সম্বাদি স্বর 'ধ' ওইগনি। রাগ অসিদা 'গ' বাদি ওইবা মরম্না পুর্বাঙ্গ বাদি রাগ কৌই। মসিনা মরম ওইহনা ভুপালী রাগ শকপা গমদি খোংবা মতমদা পুবঙ্গনা অয়াম্বা শক্কনি। রাগ অসিগী অতোপ্পা মমিং অমনা "ভুপ-কল্যান" হায়না কৌই। তৌইগুম্বসুং রাগ অসিগী অশেংবা মমিংদি "ভুপালী" অসিনি। থা ভারতা মসিবু "মোহন" হায়না কৌই।

ভুপালী য়াম্না মুংশিবা অমদি য়াম্ন লাইবা রাগনি। রাগ অসিগী আলাপ য়াম্না ফজে। রাগ অসি শকপা ১দি থোংবা মতমদা "শুদ্ধকল্যান" অমদি "দেসকার" রাগদগী তোঙাম্না লৈনবগী-দমক্তা য়াম্ন হৈ'শ না শকপা ১দি থোংবা তাই। মরমদি কনাগুম্বা ১না ভূপালী রাগ অসি শকপা ১দি থোংবদা মহাক্কী অশেংবা নিয়মশিং অতু থজিক্তং শোইখিবদা "দেসকার"গী মওং হেক্তা উবা ফংগনি। অতুগা দেসকার রাগ অসি শকপা ১দি থোংবা মতমনস্থ মহাক্কী অশেংবা নিয়ম অতু থওইদতুনা থজিক্তং লাইথোকলুবনদি খুদক অতুনা ভুপালীগী মনি তারে। অতুনা ভুপালী রাগ শকপা মতমদা শুদ্ধ-কল্যান অমদি দেসকার রাগ-শিং অসিদগী তোঙাম্না লৈনবগীদমক য়াম্না চেক'শন্না অমদি হৈশিংনা শকপা অমদি থো'বা তাই।

"ভুপালী অমসুং দেসকার" অসিবু তোঙান তোঙানবা অশেংবা মওংদা শক্লবগী অনদি গো নবগীদমক্তা মসিবু নিংশিং-গদবা ওই:—মতুদি 'ভূপালী' পুবাঙ্গনা মরু ওইবা রাগনি অতুগা দেসকার রাগ উত্তরাঙ্গনা মরু ওইদা রাগনি। দেসকার 'ধ' স্বর অসিদা য়াম্না লেপ্পী অতুগী মতুংদা 'প' স্বর অসিদস্থু লেপ্পী অতুগী মতুংদা "গ প ধ প র্গ সা" স্বরশিং অসিনা অরোইবদা শকই। তোঙাস্বসুং ভুপালী রাগদদি মতু নত্তে ভূপালীদা "ধৈবত" সম্বদি স্বরনি অতুগা মহাক্কী শিজিন্নবা অসিথু য়াম্রা শিজিন্নে অতুবু অরোহাগী মতমদা "গন্ধ র" অমসুং 'ঋষভ' অনি অসিদা অম্বাম্ব।

লেপ্পী। মহুদি—, ধ, প গ, ধ প গ, গ রে, গ প ধ র্সা, ধ প গ,

রে

রে গ, ধ প গ; গ রে. সা রে ধ্ সা। তৌইগুম্বসুং ধৈরতনা হৌহুনা "প" দা লেপ্লরবদি খুদক অহুদা দেসকারগী মমি তাগনি। মহুদি :— ধ প, গ প, ধ প, গ রে সা, গ প ধ প। বিলম্বীদ লয়দা গ রে, সা, সা রে গ, প গ, ধ প গ, রে গ

র গ

রে সা নত্রগা গ রে সা, রে ধ্ রে, প গ, ধ প গ, রে গ, রে সা মতৌ অসুম্না শরুবদি ভূপালী রাগগী অশেংবা মওং অহু উবা ফংই। অমসুং মশাগী মফমদা অহুমক লেংদনা লৈগনি। তৌইগুম্বসু ধ, প, গ প ধ ধ প, গ রে সা, ধ প নত্রগা র্সা,

প প

ধ—প, ধ -গ প, গ প ধ—, ধ প, গ প ধ প গ—গ প, মতৌ অসুম্না শরুবদি খুদক্তা দেসকার ওইগনি। ভূপালীগী করিগুম্বা খুদম অমত্তসু উবা ফংদে। "রে" দা য়াম্না কন্না লেপ্লবদি দেসকারগী মওং অহু তাই। ভুপালীদা 'রে' ইতৎ তৎতনা শিজিন্নগনি অহুগা লেপ্‌সু লেপ্পী। মতৌ অসুম্না রাগগী নিয়মশিং অসিবু ঙাক্না শরুবদি ভুপালীগী মওং অহু কৈদৌনুংদসু মাংবা তৌরোই।

## রাগ অসিগী স্বর খর

রে গ
গ, রে, সা, সা, রে, ধ সা রে, প গ, ধ প গ, রে সা,

গ
রে সা, সা, রে সা, সা ধ, সা রে গ রে গ রে, প গ,

সা গ গ গ গ
ধ সা, সা রে গ, রে সা, প গ রে গ, ধপ গ, রেগ, সা রে,

রে পসা , গ রে
ধ সা, ধ, সা প ধ সা, রে গ, রে গ, সা রে, ধ, সা, রে গ প

গ রে গ
প ধ সা, রে গ, রে সা, সা রে, ধ, সা রে প গ, রে গ প,

স গ স গ স স
ধ, প গ, রে গ প' ধ সা, ধ প গ, রে গ প গ, ধ প গ, রে

স গ সা
গ, রে সা; গ, প, ধ প গ, রেগ, রে সা; গ, প, ধ, সা সা রে

সা গ
সা, সা সা ধ, সা রে গ রে সা, প ধ সা ধ প গ, রে গ

সা গ
প, ধ সা রে গ রে সা, প ধ সা, ধ প গ, রে গ রে, প গ,

রে
গ রে, সা রে ধ সা ॥

# রাগ কাফি

সা রে গ, ম, প, ধ নি সা :— আরোহ। সা নি ধ, প, ম গ, রে, সা—অবরোহ পকড় :— সা সা, রে রে, গ গ

ম রে

ম ম, প, নক্রগা সা, রে রে গ, সা রে প, নক্রগা সা রে গ রে গ

ম প ম প অসিনি।

কাফি রাগ কাফি ঠাটতগী পোকপা রাগনি। রাগ অসি সম্পুর্ণ জাতিগী রাগনি। রাগ অসিদা 'গ' অমসুং 'নি' কোমল স্বর ওইগনি অমসুং অতৈ লেমহৌরিবা স্বরশিং অদুনা শুদ্ধ স্বর ওইগনি। রাগ অসিগী বদি স্বরদি "প" অদুগা সম্বাদি স্বরনা "সা" নি। কনাগুম্বনা মসিবু "গ" বাদি অমসুং "নি" সম্বদি স্বর ওইনা লৌনৈ। তৌইগুম্বসুং "প" বাদি অমদি "সা" সম্বাদি ওইবা অসিনা অয়াম্বা চংনৈ। রাগ অসিগী শকপা অমদি খোংবগী মতমদি মধ্য রাত্রি হায়বদি অহিং নোংয়াইদনি। কনাগুম্বশিংনা রাগ অসিবু সার্বকালিক রাগ হায়বদি মতম পুম্নমক্কী ওইবা রাগ হায়নসু লৌনৈ। মরম অদুনা মতম পুম্নমক্তা শক্লে অমসুং খোংনৈ।

রাগ অসি য়াম্না নুংশিবা অমদি মী পুম্নমক্না পাম্নবা রাগনি। গয়াক অয়াম্বনা রাগ অসিবু শক্লে। রাগ অসিদা "গমক" অমদি মিড়গী থবক অসি য়াংলি। অদুগা বিলম্বীদকী শৈশক অসিসু য়াংলি। রাগ অসি থুমরি তপ্পা, অমদি রে গ,

গজললনচিংবদা অয়াম্বা শক্নে। ফাগুন্-মাস হায়বদি য়াওশংগী মতমদা হোলিনচিংবদা রাগ অসি অয়াম্বনা শক্নে। করি-করিগুম্বা মতমদা ৰিবাদি স্বরগী মতৌগুম ' গ" তির্ব অমদি "নি" তির্ব অসি আরোহাদা শিজিন্নে। হায়রিবা স্বর অনি অসি শিজিন্নবনা রাগ অসিবু য়াম্না ফজহল্লি। 'তির্ব "গ" আরোহাদা মওং অমুম্না শিজিন্নে। মতুদি :—

নি ধ প. নি ধ প, নি ধ প গ ম প ধ নি র্সা অদুগা তি র্ব 'নি' না অমুম্না শিজিন্নে। মতুদি:— ম ম প ধ, নি, র্সা নি, র্সা র্রে র্সা, র্গ র্রে র্সা অসিনচিংবা অসিনি। অদুগা রাগ অনিদা করি করিগুম্বা মতমদসু কোমোল 'ধ' অসি শিজিন্নে। অদুবু য়াম্না রাংনা শিজিন্নে। মতুদি . নি নি ধ. র্সা নি ধ, গ রে, ধ নি ধ গ রে, প গ রে নি ধ ম প ধ ম প গ রে, ম গ রে সা, সা রে রে গ, সা, রে প অসিনচিংবা অসিনি।

## রাগ অসিগী স্বর খরা

ম
সা রে রে গ. সা, রে প, ম প, ধ প ম প, ধ ম প, গ, রে' রে প রে ম গ রে সা, সা রে রে, গ, সা, রে রে প ; সা রে প ম প, ধ প, ধ নি ধ প,, র্সা নি ধ প, প র্রে, র্রে র্সা নি ধ প, র্সা নি ধ প, মপ ধমপ, গ' রে, প, গ রে স. রে ম গ রে সা, সা,

সা, রে প ; মপ, প ধ নি, সাঁ, ধ নি সাঁ, রে গ রেঁ, মঁ গ রেঁ সাঁ, নি সাঁ রেঁ, নি ধ প,, ম প সাঁ, নি ধ প, প ম ধ ম প, গ রে, রে প রে ম গ রে সা, সা রে রে, প, সা, রে প, অসিনি।

# আশাৱাৱি ৱাগ

আসাৱাৱি ৱাগ অসি আসাৱৱি থাটতগী পোকই। ৱাগ অসিগী আৱোহাদা 'গ' অমস্থুং 'নি' স্বৱ অনি অসি য়াওদে। অতুগা আৱৱোহাদদি স্বৱ ৭ মক্ শিজিন্নৈ। ৱাগ অসিদা 'গ' 'নি' কোমল ওই। অতুগা লেমহৌৱিবা স্বৱশিং অতুনা শুদ্ধ স্বৱ ওই। ৱাগ অসিদা 'ধ' না বদি স্বৱনি অতুগা 'গ' না সম্বাদি স্বৱ ওইগনি। ৱাগ অসিগী শকপা অমদি খোংবগী মতমদি দিনকা তুসৱা প্রহৱ হায়ৱবদি তোড়ি ৱাগ শক্লবা মতুং অয়ুক্কী পুং ৯ দগী ১১ ফাওবগী মতুংদা ওইগনি। ৱাগ অসি উত্তৱাঙ্গ বাদি ৱাগনি। মৱমদি 'ধ' না ৱাদি স্বৱ ওই।

ৱাগ অসিগী আৱোহা :— সা রে ম প; ধ, সাঁ। আৱৱোহা :— সঁ নি ধ, প, ম গ, রে সা। পকড় :— রে, ম প নি নত্রগা ধপ ধ ম

প ম শ ম
প ধ, গ রে সা সা রে ম প সা ধ প অসিনি।

রাগ অসি য়াম্না মুংশিবা রাগনি। মসিদা 'রে' নত্তনা অভৈদি কোমল স্বর ওাক্তনি। রাগ অসিদা মতম লৈবথিবিক্তা 'রে' তিত্র শিজিন্নৈ। কনা কনাগুম্বনা রাগ অসিবু কোমল 'রে' শিজিন্নৈ। মহারাসত্রা অমদি উত্তর প্রদেশ (U. P.) দা লৈবা খ্যাল শকপশিংনা মসিবু 'রে' তিত্র শিজিন্নৈ। রামপুরগী ফাউরবা খ্যাল শকপা রাজীব খাঁ সাহাবনা আসাবারি রাগদা 'রে' অনিমক শিজিন্নৈ। মথল অনিমক অসি তাবদা য়াম্না ফজৈ তৌইগুম্বমুং অথুবা তান হাইবা মতমদা কোমল 'রে' শিজিন্নবা অসি খরা লুনা থোকই। কনাগুম্বনা কোমল 'রে' শিজিন্নবা মতমদা মতৌ অসুম্না শিজিন্নৈ। মতুদি :— ম প, নি ধ, প, ধ, প, ম প ধ গ

স
গ রে, সা, রে ধ, সা, গ রে, সা' রে ম প, নি ধ

নি ম গ
প, ম প ধ, ধ প, প ধ গ রে রে সা অসিনি।

রাগ অসিগী অহৌবা স্বরগী মওং অসি কনা কনাগুম্বনা মতৌ অসুম্না হৌই। ম প নি ধ, প, অতুগা কনাগুম্না থরনা মতৌ

নি নি নি
অসুম্না হৌই। ধ ধ ধ, প, ম প, গ,

রে ম ; অতুগা কনাগুম্না থরনা— ম প নি ধ, প, ধ গ, রে সা। অসুম্না মথক্তা হাম্নরিবা মথল অহুম অসিমক অচুম্বা ওাক্তনি

ম
তৌইগুম্বস্থং উত্তরাঙ্গদা নি ধ প, অতুগা পুর্ব্বাঙ্গদা ম প গ
ম
নত্রগা ধ ম প গ হায়রিবা স্বরশিং অসি নিংশিংগদবা ওই।
আসাবরি রাগগীদি নি ধ প, ম প গ, নত্রগা ধ ম প গ,
হায়রিবা স্বর অহুম অসি থবাইনি।

## রাগ আসিগী স্বর থর

সা, রে ম প, প. নি ধ প, প, ধ ম. প ধ ম প,
গ রে সা, রে ম, প, নি ধ, প; সা রে ম, প, প ধ
প, নি ধ,, প সা, নি ধ, প, ম প ধ ম প গ. রে, সা, রে
ম, প, নি ধ প, সা, রে স, নি, ধ, নি ধ, প, ম প ধ
সা, রে ম প ধ ম প ধ ম প গ, রে. সা, রে ম, প, নি ধ
প; ম প, ধ ধ সা, সা, ধ, সা, রে, রে, গ, রে. সা, রে সা,
নি ধ নি ধ, প, ম প, গ, রে সা, রে সা, নি ধ, প, ম প
নি ধ, প, সা, নি ধ, ম প ধ ম প, গ, রে, সা, রে ম, প।

# রাগ পুর্বী

পুর্বী রাগ পুর্বী ঠাটতগী পোকই . রাগ অসি সম্পূর্ণ জাতিগী রাগনি। রাগ অসিদা "রে" অমসুং "ধ" কোমল ওইগনি। অতুগা ম অনিমক হায়বদি শুদ্ধ অমসুং বীকৃত অতুগা লেমহৌরিবশিং অতুনা শুদ্ধ স্বর ওইগনি। রাগ অসিগী বাদি স্বর "গ" সম্বাদি "নি" ওইগনি। রাগ অসিগী শকপা অমদি খোংবগী মতমদি দিনকা অন্তিম প্রহর হায়বদি নুংথিলগী অরোইবা শরুক্তনি। রাগ অসি পুর্বাঙ্গবাদি রাগনি মরমদি "গ" না বাদি ওই।

অরোহা - সা রে গ ম প, ধ নি সাঁ।

আবরোহা :- সাঁ নি ধ প, ম, গ, রে সা।

পকড় :— নি, সা রে গ, ম গ, ম, গ, রে গ রে সা।

রাগ অসি য়াম্না চীং লেম্বা রাগনি। হুমিদাংবাই মতমদা শকপা রাগসিংগী মতুংদা য়াম্না ফাউন্নবা রাগ অমনি। রাগ অসিবু সন্ধিপ্রকাস রাগ হায়নসু কৌই। কোমল "গ" ওইবা রাগশিং শরুবা মতুংদা মতুদি— ভীমপলাসী, ধনশ্রী, মুলতানি, অসিনচিংবা রাগশিংগী মতুংদা "পুর্বী" রাগ অসি শকপা অমদি খোংবা য়াম্না ফজে অমসুং পুক্নিং তুনবগী মশক ওই।

রাগ অসিদা মধ্যম অনিমক হায়বদি কোমল অমসুং তিব্র অনিমক শিজিন্নৈ। কনাগুম্বা ধ্রুপদ শকপা মীশিংনা কোমল 'ম' শিজিন্নদে। ভৌইগুম্বনুং খ্যাল শকপা অয়াম্বনা মধ্যম অনি

শিজিন্নৈ। অতুগা কোমল 'ম' অসি শিজিন্নদ্রবদি পুরিয়াধনাশ্রী রাগগী মমি ভাতুনা লৈগনি। অশেংবদা বাগ অসিদা 'ম' অনিমক শিজিন্নগনি। তৌইগুম্বসুং কোমল 'ম' শিজিন্নবা অসি 'গ' অনিগী নয়াইদা প ম' গ ম গ অসুন্না শিজিন্নগনি।

রাগ অসিগী কোমল 'ধ' অসি ভৈরব বাগগী 'ধ' কোমলদগী শ্রুতি ১ রাগনি।কনাগুম্বা গাযকশিংনা শুদ্ধতগী তিব্র ধৈরত শিজিন্নৈ। অতুগা গায়ক খরনা কোমল অমসুং তিব্র ধৈরত অনিমক শিজিন্নৈ। তৌইগুম্বসুং বাগ অসিদা শুদ্ধগী কোমল 'ধ' শিজিন্নবা অসি চৎনৈ। রাগ অসিগী ধোইদোক হেন্দোকপা স্বরদি সা গ, প, অমসুং 'নি' স্বর মরি অসিদা ওই। রাগ অসিগী ফজবসু হায়রিবা স্বর মরি অসিগী মতেংদগী ফংই।

## রাগ অসিগী স্বরগী মওং খরা

নি রে গ, গ রে, সা, নি রে সা, নি, সা, রে গ. রে গ, ম গ,

প, ম', গ ম গ, ম' গ, রে সা, নি রে সা; নি, সা রে গ,

রে গ, ম' গ, প ম', গ ম' গ ধ প ম' গ, ম' গ, রে গ, ম' ধ

গ, গ, রে সা, নি রে সা; ম' গ, ম' ধ ম', সা, নি রে, সা,

নি রে গ রে, সা, রে, নি, ধ, প, ম' ধ নি, ধ প' প ধ

ম' প, গ ম' গ, ম' গ, নি রে গ, ম' ধ ম' গ, রে গ, রে, সা।।

# রাগ মাররা

মাররা রাগ মাররা "ঠাট" তগী পোক্লই। রাগ অসি ষাড়ব—ষাড়ব জাতিগী রাগনি হায়বদি রাগ অসিগী আরোহা অমদি আররোহা অনিমক্তা "প" বার্জিত হায়বদি য়াউদে। রাগ অসিদা "রে" কোমল ওইগনি "ম" তিব্র অমসুং লেমহৌরিবা স্বরশিংনা শুদ্ধ স্বর ওইগনি। রাগ অসিদা "রে" বদি স্বরনি অতুগা "ধ" না সম্বাদি স্বর ওইগনি। রাগ অসিগী শকপা অমদি খোংবগী মতমদি হুংথিনগী অরোইবা মতম হায়বদি দিনকা অন্তিম প্রহরদনি। রাগ অসি "রে" না বাদি স্বর ওইবা মরম্না পুর্ব্বাঙ্গ বাদি রাগ কৌই।

আরোহা :- সা রে গ, ম ধ, নি সা।

আররোহা :— সা নি ধ, ম গ রে সা।

পকড় :— ধ ম গ রে, গ ম গ, রে সা।

রাগ অসিগী আরোহাদা "নি" অতুগা আররোহাদা "রে" বক্র স্বর ওই। আরোহাদা গ ম ধ নি ধ সা অমুম্না "নি" বক্র ওই অতুগা আররোহাদা গ রে গ, ম গ রে সা অমুম্না "রে" বক্র স্বর ওই। রাগ অসিদা "রে" বক্র ওইবা অসিনা রাগ অসিগী অশেংবা মওং অতু উইহল্লি অমসুং তশেং-তশেংনা উবা ফংই।

রাগ অসিগী মরুওইবা স্বরদি "রে" "ম" অমসুং "ধ" স্বর অকুম অসিনি। রাগ অসিবু মুমিদাংৱাই মতমগী, সন্ধি প্রকাস রাগ হায়না কৌই। মসিবু "প্রমেল প্রবেশক" রাগ হায়নসু কৌই। মরমদি রাগ অসিগী মতাংদা কল্যান ঠাট তগী পোকপা রাগশিং, মতুদি য়মন, ভূপালি, হমীর, কেদার অসিনচিংবা অসি শকপা অমদি থোংবদা লাইনা থোকই। মরম অতুনা রাগ অসিবু "প্রমেল" "প্রবেশক" রাগ কৌই। রাগ অসিদা:—

ধ ম গ রে, গ ম গ রে, সা স্বরশিং অসি শরুকপদা য়াম্না থুনা রাগসি থংবা ঙম্মী। রাগ অসিদা ধ, ম গ রে, গ ম ধ, ম গ রে, গ ম গ রে, সা, গ, ম, ধ, নি ধ ম গ রে গ ম গ রে, গ রে সা স্বরশিং অসি হন্না হন্না উৎলি রাগ অসিদা মিড়গী থবক অসি য়াম্না রাংলি মরমদি মিড় তৌবদা ফজদে।

রাগ অসি কনা কনাগুম্বনা হৌরকপা মতমদা মতৌ অস্থুম্না হৌরকই। মতুদি:— সা, রে সা, গ, ম গ, রে গ, ম ধ ম গ রে, গ ম গ রে সা কনাগুম্বনা ধ ম গ রে, গ ম গ রে, সা, রে রে নি ধ, ম ধ সা, সা রে গ, ম ধ নি ধ ম গ ধ ম গ, ম গ, রে গ রে ম গ রে সা। অস্থুম্না হৌনৈ।

অন্তরাগী মতমদা রাগ অসিবু কনা কনাগুম্বনা মতৌ অস্থুম্না ম ধ, সা অতুগা কনাগুম্বা থরন গ, ম ধ ন, সা, সা নি রে, স, অস্থুম্না হৌনৈ।

## রাগ অসিগী স্বর খর

সা, রে সা, নি রে সা, নি রে নি ধ রে গ ম গ, রে সা, নি রে গ, ম গ ধ ম গ, রে গ ম ধ নি ধ, ম গ রে, ধ ম গ, রে, গ, রে সা, নি, রে সা। নি রে গ ম ধ ম গ, নি ধ, ম গ, নি রে নি ধ ম, ধ, ম গ; ধ, ম গ, ম গ, রে সা, নি রে, সা, ম গ. ম ধ ম, সা সা, নি রে সা, গ রে সা, ম গ রে সা, নি রে সা নি রে নি ধ. ম ধ, নি ধ ম গ, রে গ ম ধ নি ধ ম প, ধ ম গ ম গ রে সা, নি রে সা॥

# রাগ ভৈরবী

ভৈরবী রাগ ভৈরবী 'ঠাট' তগী পোকই। রাগ অসি সম্পূর্ণ জাতিগী রাগনি। রাগ অসিগী স্বর পুম্নমক কোমল স্বর ওই। বাদি 'ম' অমসুং সম্বাদি 'সা' না ওইগনি। কনা কনাগুম্বনা রাগ অসদা 'ধ' বাদি অমসুং 'গ' সম্বাদি স্বর ওইনা লৌনৈ। কনা কনাগুম্বনা রাগ অসিবু সর্ব্বকালিক রাগ ওইনা লৌই। মরম অহুনা রাগ

অসিবু মতম পুম্নমক্তা শক্লে অমসুং থোংনৈ। প্রাত কাল হায়বদি অয়ুক্তা থোংবদা অমদি শকপদা রাগ অসি য়াম্ন ফজৈ। অমসুং সুংশি। রাগ অসি অমাম্বনা অয়ুক্কী সুংথিনগী পুং ১২ কাওবদা শক্লে। রাগ অসি উত্তরাঙ্গ বাদি রাগনি মরমদি 'ম' না বাদি ওই।

আরোহ্য:— সা, রে গ ম, প ধ, নি সাঁ।

অবরোহ:— সাঁ, নি ধ প, ম গ, রে সা।

পকড়:— ম, গ, সা রে সা, ধ নি সা।

রাগ অসি য়াম্না সুংশিবা অমদি মী থুদিংনা পাম্নবা রাগনি। অয়াম্বা গায়কশিংনা য়াম্না লাইনা শকপা ঙম্বা রাগ অমনি। রাগ অসিদা গজল, থুমরি, তপ্পা, দাদরা, হায়রিবা মওংশিংগী ঈশৈ য়াম্না তাবা ফংই অমসুং মতু তাবদা ফগু ফজে। রাগ অসিদা খ্যাল য়াম্না য়াৎনা শক্লে। অমসুং মসিদা মহৌশাগী ওইবা তথকপা মওংনা হেন্না লৈ। তশেংনা হায়রবদা রাগ অসি মী-য়াম্না য়াম্না পাম্নবা; অমসুং সুংশিবা রাগনি।

## বাদি স্বরগী থেৎনবা

রাগ অসিগী বাদি স্বরগী মরমদা তোঙান তোঙানবা মোত লৈ। কনা কনাগুম্বনা রাগ অসিবু 'ম' বাদি ওইনা লৌনৈ অদুগা কনা কনাগুম্বনা 'ধ' না বাদি ওইনা লৌনৈ তৌইগুম্বসুং রাগ অসিদা 'ম' না বাদি ওইবনা অচুম্বনি। মরমদি 'ম' স্বর অসি মরুওইবা স্বরনি। অমনা রাগ অসিদা 'ম' য়াম্না শিজিন্নবনা রাগ

অসিবু ফজহল্লি। অতুগা অমুকস্থ ঐখোইগী লাইরিক ইবশিংনা 'ম' স্বর অসিবু রাগ অসিদা 'গ্রহ' ন্যাস অমসুং অন্স, ওইনা লৌগ - "ধ" বু বাদি ওইরা অসি লাল্লি। তৌইগুম্বসুং "ম" বু বাদি ওইবা অসিনা অয়াম্বা চংনৈ।

## কোমল রে শিজিন্নবা

রাগ অসিগী কোমল 'রে' অসি ভৈরব রাগগী কোমল "রে" দগী শ্রুতি অমা কাখৎলগা লৈ। রাগ অসিগী আরোহাদা 'রে' স্বর অসি থজিক্তমক শিজিন্নৈ। অতুগা তান হায়বা মতমদা য়াম্না থাদোক্নুনা চংলি। তৌইগুম্বসুং 'রে" গী শিজিন্নবা অসি অরোহদা শিজিন্নৈ। মতম অতুদা 'ম' দা ওহাক্তুং পোংথাই।

## বিবাদি স্বর শিজিন্নবা

রাগ অসিদা বিবাদি স্বরগী মতৌগুম ফজহন্নবগীদমক 'রে' 'গ' অমসুং 'নি' তীব্র অসি শিজিন্নৈ। কনা কনাগুম্বনা রাগ অসিদা য়াম্না মুংশিনবা অমদি ফজনবগীদমক শুদ্ধ অমসুং বিকৃত স্বর ১২ অসিমক শিজিন্নৈ। অসুম্না শিজিন্নবা অসি য়াম্নসু ফজে লোয়ননা মসিগী খোংচৎ অসি য়াম্নসু চংনৈ। হৌজিক্কী মতমদা মতৌ অসুম্না তৌবা ভৈরবী অসি য়াম্না চংনৈ অমসুং য়াম্নসু তাবা ফংই। অচুম্বদি অসিনি, তশেংনা হায়রবদা ভৈরবী (শুপনগী কোমল স্বরশিংগী ভৈরবী) দি থরা রাংনা উই অতুগা হৌজিক কালগী ভৈরবীদা শুদ্ধ অমসুং বিকৃতকী ভৈরবীগী মচু অমি য়াম্না উবা ফংই।

## রাগ অসিগী স্বর থর

গায়কশিংনা ভৈরবী রাগগী হোবা অসি তোঙান তোঙানবা মথলদা তৌই। কনা কনাগুম্বনা অসুম্না তৌই:— সা রে ম, প গ, সা রে নি সা।

কনা কনাগুম্বা থরনা:— সা রে ম. গ, রে সা. ম গ রে সা অসুম্না হৌই। অতুগা কনাগুম্বা থরনা:— নি সা গ ম ধ প ম ধ প, মতৌ অসুম্না অতুগা কনাগুম্বনা ধ প ধ ম প গ, রে সা মতৌ অসুম্না তৌই। অতুগা রাগ অসিগী অন্তরা "ম, ধ নি সা" কনা কনাগুম্বনা ধ ম ধ নি সা অসুম্না কনাগুম্বনা গ ম ধ নি সা মতৌ অসুম্না হৌই। থোইদোক হেন্দোকপা রাগ অসিগী স্বরশিংদি সা, গ, ম, প, অমসুং ধ হায়রিবা স্বর ৫ অসিদনি।

## রাগ আসগী স্বরগী মওং থরা

সা রে সা. ধ, নি সা, (গ) সা রে সা; সা, নি সা, ধ নি সা, গ, ম গ, প ম গ, রে সা, ম গ রে সা; নি সা, নি ধ, প ম, প ম ধ নি সা, ধ নি সা, রে সা, ম গ রে, সা, ম গ রে, সা; ধ. ম ধ, নি সা, সা, রে সা নি নি, সা, গ রে সা, নি

ধ, প, সাঁ ধ, প ধ ম প, গ, ম, নি ধ, প, গ ম, গ,
রে, সা ।।

# রাগ তোড়ী

তোড়ী রাগ তোড়ী ঠাটতগী পোকই। রাগ অসি সম্পূর্ণ—জাতিগী রাগনি। রাগ অসিদা "রে" "গ" অমসুং "ধ" কোমল অদুগা "ম" অমসুং "নি" তীব্র স্বর ওইগনি। রাগ অসিদা "ধ" বাদি "গ" সম্বাদি স্বর ওই। কনাগুম্বনা রাগ অসিদা "রে" সম্বাদি ওইনা লৌবস্মু য়াউই। তৌইগুম্বসুং অয়াম্বা সঙ্গীতকারশিংনা "গ" বু সম্বাদি ওইনা লৌই। অমসুং মসিনা য়াম্না চুম্নবনি। কনা কনাগুম্বনা রাগ অসিদা "গ" না বাদি ওইনা লৌবস্মু য়াওই। তৌইগুম্বসুং মসি অচুম্বা নত্তে। তোড়ী রাগ উত্তরঙ্গনা প্রধান ওইবা রাগনি হায়রবদি উত্তরাঙ্গ বাদি রাগনি। মরম অদুনা রাগ অসিদা "ধ" বু বাদি ওইবনা য়াম্না চুম্মী। রাগ অসিগী শকপা অমদি বোংবগী মতমদি দিমকা তুসরা প্রহর হায়বদি অয়ুক্কী পুং ৭ তগী ১০ ফাওবনি। রাগ অসি "ধ" না বাদি স্বর ওইবা মরম্না উত্তরঙ্গ বাদি রাগ কৌই অরোহা:— সা, রে গ, ম প, ধ, নি সাঁ

আবরোহা :— সাঁ নি ধ প, ম গ, রে সা।

পকড় :— ধ নি সা, রে, গ, রে সা' ম গ, রে গ রে, সা ।।

তোড়ী মথল কয়ামরুমগী লৈ। মতুদি কনা কনাগুনা মথল ১২ থোক্না লৈ হায়না লৌনৈ। মতুদিঃ - শুদ্ধ তোড়ী 'আসাবরি তোড়ী' বিলাস খানি তোড়ী 'দেস তোরীড়' জোনপুরী তোড়ী, গান্ধারি তোড়ী, বহাদুরি তোড়ী, লাচারি তোড়ী, অসিনচিংবা অসিনি।

হৌজিক্কী মতমদা রাগ অসিবু "তোড়ী" রাগ হায়না কৌহুনা য়াম্না চৎনরি অমসুং ঐখোই পুম্নমক্না শরুরি অমসুং ,খাংনরি। শুদ্ধ-তোড়ী দরবারী তোড়ী, অদুগা মিয়াকী তোড়ী, হায়রিবা মমিংশিং অসিদা চৎনরি। হায়রিবা মমিং অহুম অসি অমত্তনি। হায়রিবা মমিং অহুম অসি নত্তবা অতোপ্পা তোড়ীগী মমিংশিং লৈ-হৌরি, মখোইশিং অদুদি তোঙান তোঙানবা মথলগী তোড়ীনি অমসুং অমগা অমগা খেন্নে।

৫

'সঙ্গীত-রত্নাকর' দা তোড়ী রাগণী পোল্লকপা অসি 'শুদ্ধ' —সাড়ব" কৌবা গ্রাম রাগ দগীনি হায়না তাক্লি। তৌইগুমসুং সঙ্গীত রত্নাকরগী তোড়ীগী স্বরগী মওং অসি তাকপদা থরা রানা থোকই মরমদি মহাক্কী মতমদা "ষড়জ গ্রাম অমসুং 'মধ্যম গ্রামগী অশেংবা স্বরগী মফম ফংদে। মরম অদুনা ময়াই ওইবা মতমদা "তোড়ী" গী "ঠাট" অসি হৌজিক্কী "ভৈরবী" গী 'ঠাট' অসিনি হায়না লৌনরম্মী। অসুম্না হায়নৈ·মিয়া তানশেন্না মমাংঙৈগী তোড়ীদা কোমল মধ্যমগী মফমদা তীব্র মধ্যম অদুগা কোমল

নিষাদকী মফমদা তীব্র নিষাদ শিজিন্নহনা তোড়ীগী অবৌরা মওং অমা অকুবরগী দরবারদা শকখি। মরম অহুনা "দরবারী তোড়ী" অমসুং মিয়ারী তোড়ী হায়না কৌনৈ।

মমাঙৈ তোড়ীগী ঠাট :— সা রে গ ম প ধ নি সা

হৌজিকী তোড়ীগী ঠাট :— সা রে গ ম প ধ নি সা।

হৌজিকী তোড়ী অসি মমংৈ লাইরিকশিংদা বরালী "বরাটি" "শুদ্ধ পনতু বরালী" অসিনচিংবা মমিংশিংদা লৈ।

## রাগ অসিগী মহৌশাগী ওইবা

তোড়ী রাগ য়াম্না চীং লেপ্পা রাগনি। অমুক্তা শকপা রাগ-শিংগী মহুংদগী রাগ অসি য়াম্না মুংশিবা অমসুং ফজবা, য়াম্না ময়াই কারবা রাগ অমনি।

রাগ অসিগী কোমল "গ" অসি পীলু রাগগী কোমল "গ" গা মান্নে। রাগ অসিগী মরুওইবা স্বর "রে" "গ" অমসুং "ধ" স্বর অহুম অসিদনি। রাগ অসিগী তান য়াম্না তিংনা তিংনা অমদি য়াম্না লাইনা চৎলি।

## "প" গী শিজিন্নবা

তোড়ী রাগগী আরোহাদা পঞ্চম স্বর অসি দুর্বল ওই হায়হদি খজিক্তং শিজিন্নে। রাগ অসিদা শুপ্পগী সাপাত তান অমসুং সরল তান হায়বদি অথুবা তান অমদি অরাইবা তান হায়বা মতমদা অয়াম্বনা শিজিন্নে। মরম অহুনা আরোহাগী তান লৌবা মতমদা খনাউগী খুদোংচানবগীদমক পঞ্চম স্বর অসি থরদং শিজিন্নে।

"গ" কোমল অমসুং তীব্র "ম" গী থাপ্নবা অমসুং তীব্র "ম" গা "প" গা থাম্নবা অতুগা "প" গা "ধ" অমসুং "ধ" কোমল গা "নি" গা থাপনবা অসি দ্রুত তান হায়্নবা মতমদা খুদোং চাদে। মরম অতুনা পঞ্চমবু অরোহাদা থাদোকই। অতুগা সা, রে গ ম ধ নি সা অসুম্না তান হাইনৈ।

## রাগ অসিগী স্বর থর

ধ নি সা সা রে গ, ম গ, ধ ম গ, রে গ, রে, সা, ধ নি রে সা ; ধ নি, সা রে গ, ম গ, প, ম ধ. প, ধ; ম গ. ধ, ম গ, রে, সা, নি রে, সা ; নি নি সা রে, গ, ম গ, ধ ম গ, ম ধ নি ধ,, প, ম প ধ ম প, ম গ, ধ, ম গ, রে গ, রে, সা, নি রে, সা ; ম গ, ম ধ নি, সা, সা' সা সা, নি ধ, নি সা, রে গ, রে, সা, নি, সা. রে, নি ধ, নি ধ, প, ম প ধ নি ধ, প, ম প, ধ, ম গ,, ধ, ম গ. রে গ, রে, সা ।।

# বিলাৱল রাগ

আরোহা :– সা, রে গ, ম প, ধ, নি, সা

আৱরোহা :— সা নি ধ, প, ম গ রে সা

পকড় :— সা, গ ম গ রে গ প, ধ নি, ধ নি সাং

বিলাৱল রাগ বিলাৱল ঠাটতগী পোকই। রাগ অসি সম্পূর্ণ জাতিগী রাগনি। স্বর খুদিংমক শুদ্ধ স্বর ঙাক্লনি। বাদি "ধ" সম্বাদি "গ" না ওইগনি। শকপা অমসুং খোংবগী মতম, মুমিং থোক্লবা মত্তুংদনি। রাগ অসি উত্তরাঙ্গ বাদি রাগনি মরমদি "ধ" না বাদি ওই। রাগ অসি প্রাত কালগী কল্যান হায়নস্থ কৌনৈ। রাগ অসিগী স্বর খরা :– গ, রে সা; সা, রে. সা রে গ, ম গ প, ম গ, ম রে, সা; সা গ রে সা, নি ধ, নি, ধ প, ধ নি সা রে সা গ ম প ম গ, ম রে সা, প প ধ, নি সা, সা রে সা, সা রে গ ম রে সা, ম রে সা, সা নি ধ, প, ধ, ম গ নি সা, গ ম রে সা রে সা নি ধ, ধ ম গ ম রে, সা॥

———

# রাগ বিহাগ

বিহাগ রাগ বিলাৱল ঠাটতগী পোকই। রাগ অসি ঔড়ব-সম্পূর্ণ জাতিগী রাগনি। রাগ অসিগী আরোহাদা 'রে" অমসুং "ধ" স্বর অনি অসি য়াউদে অদুগা আৱরোহদদি স্বর খুদিংমক

য়াওই। মসিদা স্বর খুদিংমক শুদ্ধ ডাক্তনি করি করিগুম্বদা রাগ অসিবু ফজহন্নবগীদমক্তা তীব্র "ম" অসি বিবাদিগী মতৌগুম শিজিন্নে। রাগ অসিগী বাদি স্বর "গ" অমসুং সম্বাদি স্বর 'নি" ওইগনি। রাগ অসি রাত্রিকা তুসরা প্রহর হায়বদি সুমিদাংগী ২শুবা শরুক্তা শক্তনি। রাগ অসি পুর্বাঙ্গ বাদি রাগনি।

আরোহা—সা গ, ম প, নি র্সা

আররোহা :— র্সা, নি ধ প, ম গ রে সা।

পকড় :— নি় সা, গ ম প, গ ম গ, রে সা।

# বাগেশ্রী রাগ

আরোহা :- সা নি় ধ় নি় সা, ম গ, ম ধ, নি র্সা।

আররোহ :— র্সা, নি ধ, ম গ, ম গ রে সা।

পকড় : সা, নি় ধ়, সা, ম ধ নি ধ, ম, গ রে, সা।

বাগেশ্রী রাগ কাফী ঠাটতগী পোকই। রাগ অসি ষাডব-সম্পূর্ণ জাতিগী রাগনি। অরোহা ১দি আররোহা অনিমক্তা "প" স্বর অসি য়াঙদে। কনা কনাগুম্বনা "প" আরোহাদা য়াউ-হল্লি। রাগ অসিদা 'গ' অমসুং 'নি' কোমল ওই অতুগা অতৈ স্বরশিং শুদ্ধ ডাক্তনি। বাদি 'ম' সম্বাদি 'সা' নি। রাগ অসি অহিংদা শক্তনি। রাগ অসি পুর্বাঙ্গ বাদী রাগনি। রাগ অসি য়াম্না সুংশিবা অমদি চীংলেম্বা রাগনি।

# লোক্তাক্কী শৈরেঙ

হো লোক্তাক ইমাও
কনানসু উবীদনা কনানসু থংবীদনা
কংথোকপদা থংলীবী
ইমাও লোক্তাক ইমা
থুরুমজরি নচাশিংনা ॥

মতম লাইজ ইরোম্নুং
পান্নি মমোম কয়াগী
থোংল পাইমা পিবুকয়ুংগী
সনাগী তেঙ্গোংনি ইমাদি ॥

লাইরা অনং হিংনফম,
পোম্বী চেক্লাগী চাক্তাফম
লেমলৈ ঙায়াম তুংনফম
ইরননি ইরন ইরৈবাক্কী ॥

য়েলহৌ ৱারী হৌরকফম
মুমিৎ থা থৌৱানমিচাক পোৎথাফম
প্রকৃতিগী নিংথিবা তুংনফম
তুথুপ মাপলনা লৈতেংবীনি ॥

লংলবা মিংশেন্নি ইজাতিগী
লনগৈনি অৱাং অপা লৈত্রবী
পুক্কৈনি লোম্বা থম্বা নাইদবী
উদবদগী থংদবনি ইমাব্রু ॥

হো জাতিগী নহা পাঙ্গনবশা
শক্লসি ইমাগী কোলোই
শিংলশি খোল্লাং লমন ইমাগী
মাংদা ভাল্লিসে মৈতৈ ঐখোইগী
লোক্তাক ইমানি।

অইবা :— ঐচ, সনায়াইমা সিংহ
ডিপুতি ইসপিকর, মণিপুর লেজিসলেটিভ এসেম্বলি।
স্বর :— এম, কুমার সিংহ
উচেকোন।

---

## তাল দাদরা

### স্থায়ী

| | | | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| র্সা | — | - | রে | র্সা | — | ধ | প | ধ | — | — | — |
| হো | s | s | লো | ক্তা | ক্ | ই | মা | ও | s | s | s |
| × | | | O | | | × | | | O | | |
| ধ | ধ | ধপ্ | প | — | প ধ | প ম | গ | ম | ম | — | — |
| ক | না | নS | শু | S | S S | উ | বী | দ | না | S | S |
| × | | | O | | | × | | | O | | |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ধ ধ ধপ<br>ক না নS<br>× | প — পধ<br>[illegible] S S S<br>O | প<br>ম ম ম<br>খং বী দ<br>× | ম — —<br>না S S<br>O |
| ম প ধ<br>কং থোক প<br>× | নি — —<br>দ S S<br>O | ধনি পধ র্সা<br>খং লিS বী<br>× | — — —<br>S S S<br>O |
| ধ ধ প<br>ছ মা ও<br>× | প প পধ<br>লো ক্তা কS<br>O | ম ম ম<br>ই মা S<br>× | — — —<br>S S S<br>O |
| ধ ধ ধপ<br>খু রুম জS<br>× | প<br>প — ধ<br>রি S S<br>O | ম ম ম<br>ন চা শিং<br>× | ম — —<br>না S S<br>O |
| র্সা — —<br>হো S S<br>× | রে র্সা —<br>লো ক্তাক S<br>0 | ধ প ধ<br>ই মা ও<br>× | — — —<br>S S S<br>O |
| ধ ধ ধপ<br>খু রুম জS<br>× | প<br>প — ধ<br>রি S S<br>O | ম ম ম<br>ন চা শিং<br>× | ম — — ।।<br>না S S<br>O |

## অন্তরা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ম প ধ<br>ম তম লাই<br>× | র্সা — —<br>জ s s<br>০ | র্সা র্রে র্রে র্সা<br>ইs রোন মুং<br>× | — — —<br>s s s<br>০ |
| র্সা র্রের্সা ধ<br>পা রিs s<br>× | ধ ধ প<br>ম মোম s<br>০ | ধনি পধ র্সা<br>কs য়াs গী<br>× | — — —<br>s s s<br>০ |
| ধ<br>নি — নি<br>থোং s ল<br>× | নি — নি<br>পা ই ম<br>০ | ধ<br>নি র্সা নি<br>পি বুক মুং<br>× | ধ — —<br>গী s s<br>০ |
| ধ ধ ধপ<br>সা না গীs<br>× | প প পধ<br>তেং গোং নিs<br>০ | ম ম ম<br>ই মা দি<br>× | — — —<br>s s s<br>০ |
| র্সা — —<br>হো s s<br>× | র্রে র্সা —<br>লো কো ক<br>০ | ধ প ধ<br>ই মা ও<br>× | ধ ধধ প<br>নং দিs s<br>০ |
| ধ ধ ধপ<br>স না গীs<br>× | প প পধ<br>তেং গোং নিs<br>০ | ম ম ম<br>ই মা দি<br>× | — — —<br>s s s<br>০ |

## সনচারি

| | | | |
|---|---|---|---|
| সা সা রে<br>লাই র অ<br>× | ম — —<br>নং ऽ ऽ<br>O | ম প ম<br>হিং ন ফ্রম<br>× | — — —<br>ऽ ऽ ऽ<br>২ |
| ধ ধ —<br>পো। স্বী ऽ<br>× | প<br>প প ধ<br>চে ক্লা গী<br>O | প প<br>ম ম ম<br>চাক তা ফ্রম<br>× | — — —<br>ऽ ऽ ऽ<br>O |
| ম প ধ<br>লেম লৈ ঙা<br>× | সা̇ — —<br>য়া ম ऽ<br>0 | সা̇<br>রে̇ রে̇ সা̇<br>ঙুং ন ফ্রম<br>× | — — —<br>ऽ ऽ ऽ<br>O |
| রে̇<br>সা̇ সা সা̇ধ<br>ই রন নিऽ<br>× | ধপ প পধ<br>ইऽ র নऽ<br>O | প<br>ম ম ম<br>ই রৈ বা<br>× | ম — —<br>ক্কী ऽ ऽ<br>O |
| সা̇ — —<br>হো ऽ ऽ<br>× | রে̇ সা̇ —<br>লোক তা ক<br>O | ধ প ধ<br>ই মা ও<br>× | ধ ধধ প<br>নং দিऽ ऽ<br>O |
| সা̇ সা̇ সা̇ধ<br>ই রন নিऽ<br>× | ধপ প পধ<br>ইऽ র নऽ<br>O | ম ম ম<br>ই রৈ বা<br>× | ম — —<br>ক্কী ऽ ऽ ।।<br>O |

## অন্তরা ২ ধ্রুবা

| | | | |
|---|---|---|---|
| ম প ধ | সা — — | সারে সারে সা | — — — |
| য়েল হো রা | রি s s | হোং রক ফম | s s s |
| × | O | × | O |
| সা সারে সা | নিধ —ধ প | প ধ সা | — — — |
| ন্থ মিং থা | থরান sমিচাক | পোং থা ফম | s s s |
| × | O | × | O |
| নি নি নিনি | নি নি নিধ | ধ ধপ পধ | — — — |
| প্র কি তিগী | তুং ম ফম | ওই রিs বীs | s s s |
| × | O | × | O |
| ধ ধ — | ধপ প পধ | ম ম ম | ম — — |
| ভু থুপ s | মাs প মাs | লৈ তেং বী | নি s s |
| × | O | × | O |

## আভোগ

| | | | |
|---|---|---|---|
| সা রে ম | ম ম ম | মম —ম ম | — — — |
| লং ল বা | মিং লেন নি | ইজা sতি গী | s s s |
| × | O | × | O |
| ধ ধ ধ | ধপ —প ধ | ম ম ম | — — — |
| লন গৈ নি | অরাং sঅ পা | লৈ ত্র বী | s s s |
| × | O | × | O |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ম প ধ | সাঁ সাঁ সাঁসাঁ | সাঁ রেঁ সাঁ | — — — |
| পু কৈ নি | লো ম্বা খম্বা | নাই ত্র বী | ઽ ઽ ઽ |
| × | O | × | O |
| সাঁ রেঁসাঁ সাঁ | (ধ) নিধ প প | ম প প | প — ধ |
| উ দঽ ব | দঽ গী ঽ | খং দ ব | নি ঽ ঽ |
| × | O | × | O |
| (প) ম ম ম | — — — | | |
| ই মা বু | ঽ ঽ ঽ | | |
| × | O | | |

## দিপচন্দি তাল

| | | | |
|---|---|---|---|
| ম – — | ম — ম — | ম — — | ম — ম — |
| হো ঽ ঽ | জা ঽ তি ঽ | গী ঽ ঽ | না ঽ হা ঽ |
| × | ২ | O | ৩ |
| ম — — | প — প — | ধ — — | — — — — |
| পা ঽ ঽ | ঙ্গ ন ব ঽ | শা ঽ ঽ | ঽ ঽ ঽ ঽ |
| × | ২ | O | ৩ |
| নি নি – | নি — নি — | নি — — | নি সাঁ প — |
| শ ক্ল ঽ | শি ঽ ই ঽ | মা ঽ ঽ | গী ঽ কো ঽ |
| × | ২ | O | ৩ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ধ — — | — — — — | প ধ ম | ধ প — — |
| লোই ঽ ঽ | ঽ ঽ ঽ ঽ | ঽ ঽ ঽ | ঽ ঽ ঽ ঽ |
| × | ২ | 0 | ৩ |
| সা̇ স̇ — | সা̇ — সা̇ — | সা̇ — — | সা̇ — সা̇ — |
| শিং ল ঽ | শি ঽ খোম ঽ | লাং ঽ ঽ | ল ঽ মন ঽ |
| × | ২ | 0 | ৩ |
| ম — — | প — — — | ধ — — | — — — — |
| ই ঽ ঽ | মা ঽ ঽ ঽ | গী ঽ ঽ | ঽ ঽ ঽ ঽ |
| × | ২ | 0 | ৩ |
| ধ — — | প ধ ম প | ম — — | ম — প — |
| মাং ঽ ঽ | দা ঽ ঙা ঽ | লি ঽ ঽ | শে ঽ ঽ ঽ |
| × | ২ | 0 | ৩ |
| ধ — — | প ধ ম — | ম — — | ম — প — |
| মৈ ঽ ঽ | তৈ ঽ ঐ ঽ | খোই ঽ ঽ | গী ঽ ঽ ঽ |
| × | ২ | 0 | ৩ |
| সা̇ — — | ধ প ধ — প | ম — — | ম — প — |
| লোক ঽ ঽ | তাক ঽ ঽ ঽই | মা ঽ ঽ | নি ঽ ঽ ঽ |
| × | ২ | 0 | ৩ |
| ধ — — | ধপ ধ — প | ম — — | ম — — — |
| লোক ঽ ঽ | তাক ঽ ঽই | মা ঽ ঽ | নি ঽ ঽ ঽ |
| × | ২ | 0 | ৩ |

# লৈবাকনিংবা ঈশৈ

## রাগ ভৈরবী তান কহরবা।

জৈ জনম ভূমিগী জৈ
ইমা লৈবাক্কী জৈ
পোক্লকম লমদমগী জৈ
ইমা লৈবাক্কী জৈ ।।
লাকশন্থু অকনবা কয়া
হুম্মকশন্থু নোংলৈ মুংশিংনা
থাগনি থরাই ঐখোইগী
থরাই পিনবী পুন্সি পীনবী নংগী ইমা ।
নচা কোতি কোতিনা
অমত্তা ওইবা লিচিংনা
অপুনবা পাম্বোম পাঙ্গম্মা
ভাকনি নংগী নশাইগোন ।।

অইবাঃ — বীঃ জয়ন্তকুমার শর্ম্মা

স্বরঃ এমঃ কুমার সিংহ

## স্থায়ী

| | | | |
|---|---|---|---|
| — — সা — | ধ — ধ ধ | ধ — প ম | প — — — |
| ঽ ঽ জৈ ঽ | জ ন ম ভূ | মি ঽ গী ঽ | জৈ ঽ ঽ ঽ |
| × | ০ | × | ০ |
| — — — — | সা — নি — | সা রে — গ | (রে) সা — — — |
| ঽ ঽ ঽ ঽ | ই ঽ মা ঽ | লৈ বা ঽ কী | জৈ ঽ ঽ ঽ |
| × | ০ | × | ০ |
| — — সা সা | ধ — ধ ধ | ধ — প ম | প — — — |
| ঽ ঽ জৈ জৈ | জন ঽ ম ভু | মি ঽ গী ঽ | জৈ ঽ ঽ ঽ |
| × | ০ | × | ০ |

## অন্তরা

| | | | |
|---|---|---|---|
| প — ম ম | ম — নি ধ নি | সাঁ — সাঁ — | — — — — |
| লা ক শ মু | অ ঽকন ঽ ব | ক ঽ য়া ঽ | ঽ ঽ ঽ ঽ |
| × | ০ | × | ০ |
| রেঁ রেঁ রেঁ রেঁ | রেঁ — রেঁ গঁ | রেঁ — সাঁ — | — — — — |
| ছু মুক শ মু | নোং ঽ লৈ মুং | শিং ঽ না ঽ | ঽ ঽ ঽ ঽ |
| × | ০ | × | ০ |
| সা — সা ধ | ধ — ধ — | ধ — নি ধ | প — — — |
| থা ঽ গ নি | থ ঽ রা ই | ঐ ঽ খোই ঽ | গী ঽ ঽ ঽ |
| × | ০ | × | ০ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| প নি — নি | নি — নি — | নি নি — নি | নি — নি — |
| থ রা ই পী | ন s বী s | পু ল্সি s পী | ন s বী s |
| × | O | × | O |
| নি — ধ নি | সা — — — | নি — ধ নি | সা — — — |
| নং s গী ই | মা s s s | নং s গী ই | মা s s s |
| × | O | × | O |
| নি — ধ নি | সা — — — | — — — — | — — — — |
| নং s গী ই | মা s s s | s s s s | s s s s |
| × | O | × | 0 |

## অন্তরা ২

| | | | |
|---|---|---|---|
| ধ — (ধ)ম — | ধ — নি নি | সা — সা — | — — — — |
| ন s চা s | কো s ভি কো | ভি s না s | s s s s |
| × | 0 | × | O |
| রে রে — রে | রে — রে গ | রে — সা — | — — — — |
| অ ম s ভা | ও ই ব লি | চিং s না s | s s s s |
| × | 0 | × | O |
| সা গ — গ | গ — গ — | গ — রে গ | — — — — |
| অ পু ন ৰা | পা ম বো ম | পাং s গ ল্লা | s s s s |
| × | O | × | O |
| ধ — ধ নি | নি — সা গ | রে — সা — | — — — — |
| ভা ক ক নি | নং s গী ন | শা ই গোন s | s s s s |
| × | O | × | O |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ধ — ধ ধ<br>ভা ক ক নি<br>× | প — ম গ<br>নং ঽ গী ন<br>০ | ম — ম —<br>শা ই গো ন<br>× | — — — —<br>ঽ ঽ ঽ ঽ<br>০ |
| — — সা —<br>ঽ ঽ জৈ ঽ<br>× | ধ — ধ ধ<br>জ ন ম ভু<br>০ | ধ — প ম<br>মি ঽ গী ঽ<br>× | প — — —<br>জৈ ঽ ঽ ঽ<br>০ |
| — — — —<br>ঽ ঽ ঽ ঽ<br>× | সা — নি —<br>ই ঽ মা ঽ<br>০ | সা রে — গ<br>লৈ বা ঽ কী<br>× | সা — — —<br>জৈ ঽ ঽ ঽ<br>০ |
| — — — —<br>ঽ ঽ ঽ ঽ<br>× | — — নি নি<br>ঽ ঽ জৈ য়<br>০ | র্সা — — —<br>জৈ ঽ ঽ ঽ<br>× | — — নি নি<br>ঽ ঽ জৈ য়<br>০ |
| র্সা — — —<br>জৈ ঽ ঽ ঽ<br>× | — — নি নি<br>ঽ ঽ জৈ য়<br>০ | র্গ — র্রে —<br>জৈ ঽ ঽ ঽ<br>× | র্সা — — —<br>ঽ ঽ ঽ ঽ<br>০ |

# রাষ্ট্র-গীত (জনগন)

গনগনমন অধিনায়ক জয় হে,
ভারত—ভাগ্য—বিধাতা।
পঞ্জাব—সিন্ধু—গুজরাত—মারাঠা,
দ্রাবিড়—উত্কল—বঙ্গ।
বিন্ধ—হিমাচল—যমুনা—গঙ্গ,
উচ্ছল জলধিতরংগ।
তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিষ মঁগে,
গাহে তব জয়—গাথা।
জনগন মঙ্গলদায়কজয় হে,
ভারত—ভাগ্য—বিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে,
জয় জয় জয় জয় হে॥

রবীন্দ্রনাথ তেগোর

## স্থায়ী

| | | | |
|---|---|---|---|
| সা রে গ গ | গ গ গ গ | গ — গ গ | রে গ ম — |
| জ ন গ ন | ম ন অ ধি | না ऽ য় ক | জ য় হে ऽ |
| × | ০ | × | ০ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| গ — গ গ<br>ভা S র ত<br>× | রে — রে রে<br>ভা S গ্য বি<br>O | সা রে সা —<br>ধা S তা S<br>× | — — সা —<br>S S প S<br>O |
| প — প প<br>জা S ব সিন্<br>× | — প প প<br>S ধু গু জ<br>O | প — প ম<br>রা S ঠ ম<br>× | প — ধ প<br>রা S ঠা S<br>O |
| ম — ম ম<br>দ্রা S বী ড়<br>× | ম — ম গ<br>উৎ S ক ল<br>O | রে ম গ —<br>বং S গ S<br>× | — — — —<br>S S S S<br>O |
| গ — গ গ<br>বিন S ধ হি<br>× | গ — গ রে<br>মা S চ ল<br>O | গ ধ প —<br>য মু না S<br>× | ম — ম —<br>গং S গা S<br>O |
| গ — গ গ<br>উ S চ্ছ ল<br>× | রে রে রে রে<br>জ ল ধি ত<br>O | সা রে সা —<br>রং S গা S<br>× | — — — —<br>S S S S<br>O |
| সা রে গ গ<br>ত ব শু ভ<br>× | গ — গ —<br>না S মে S<br>O | রে গ ম —<br>জা S গে S<br>× | — — — —<br>S S S S<br>O |
| গ ম প প<br>ত ব শু ভ<br>× | প<br>ম — ম গ<br>আ S শি ষ<br>O | রে ম গ —<br>মা S গে S<br>× | — — — —<br>S S S S<br>O |
| গ — গ —<br>গা S হে S<br>× | রে রে রে রে<br>ত ব জ য়<br>O | সা রে সা —<br>গা S থা S<br>× | — — — —<br>S S S S<br>O |

| | | | |
|---|---|---|---|
| সা রে প প | প — প প | প — প প | ম ধ প — |
| জ ন গ ন | মং ঽ গ ল | দা ঽ য় ক | জ য় হে ঽ |
| × | ০ | × | ০ |
| ম — ম ম | ম - ম গ | রে ম গ — | — — র্সা নি |
| ভা ঽ র ত | ভা ঽ গ্য বি | ধা ঽ তা ঽ | ঽ ঽ জ য় |
| × | ০ | × | ০ |
| র্সা — — — | — — নি ধ | নি — — — | — — ধ প |
| হে ঽ ঽ ঽ | ঽ ঽ জ য় | হে ঽ ঽ ঽ | ঽ ঽ জ য় |
| × | ০ | × | ০ |
| ধ — — — | — — — | সা সা রে রে | গ গ রে গ |
| হে ঽ ঽ ঽ | ঽ ঽ ঽ ঽ | জ য় জ য় | জ য় জ য় |
| × | ০ | × | ০ |
| ম — — — | — — — — | | |
| হে ঽ ঽ ঽ | ঽ ঽ ঽ ঽ | | |
| × | ০ | | |

## রাগ ১৫টী অরোহা-আররোহ, ঠাট অমসুং জাতি।

| নং | রাগী মমিং | আরোহা-আররোহা | ঠাট | জাতি |
|---|---|---|---|---|
| ১ | য়মন | সা রে গ, ম প, ধ, নি সা<br>সা নি ধ, প, ম গ, রে সা | কল্যান | সম্পূর্ণ |
| ২ | বিলাবল | সা, রে গ, ম প ধ, নি সা<br>সা নি ধ প, মগ, রে সা | বিলাবল | ,, |
| ৩ | অলহৈয়া—বিলাবল | সা, রে, গ রে, গ প, ধ,<br>নি ধ, নি সা। সা নি ধ, প,<br>ধ নি ধ প, ম গ, ম রে সা। | বিলাবল | ষাড়ব-সম্পূর্ণ |
| ৪ | খমাজ | সা, গ, ম প, ধ নি সা<br>সা নি ধ প, ম গ, রে সা | খমাজ | ,, |
| ৫ | ভৈরব | সা রে গ ম,প ধ নি সা।<br>সা, নি ধ, প, ম গ রে সা | ভৈরব | সম্পূর্ণ |
| ৬ | পুর্বি | সা, রে গ, ম প, ধ, নি<br>সা। সা নি ধ প, ম গ,<br>রে সা। | পুর্বি | ,, |
| ৭ | মারবা | সা রে, গ, ম ধ নি ধ সা<br>সা নি ধ, ম গ রে সা | মারবা | ষাড়ব-ষাড়ব |

| নং | রাগণী মমিং | আরোহা-অবরোহা | ঠাট | জাতি |
|---|---|---|---|---|
| ৮ | কাফী | সা রে গ, ম, প ধ নি সা | কাফী | সম্পূর্ণ |
| | | সা নি ধ, প, ম গ রে সা | | |
| ৯ | আসাবারী | সা, রে ম প, ধ সা | আসবরী | ঔড়ব |
| | | সা নি ধ প, ম গ রে সা | | সম্পূর্ণ |
| ১০ | ভৈরবী | সা, রে গ, ম, প ধ, নি সা | | |
| | | সা, নি ধ প, ম গ, রে সা | ভৈরবী | সম্পূর্ণ |
| ১১ | তোড়ী | সা, রে গ, ম, প, ধ নি সা | | |
| | | সা নি ধ প, ম গ, রে সা | তোড়ী | সম্পূর্ণ |
| ১২ | ভুপালী | সা, রে গ প, ধ সা | | |
| | | সা, ধ প, গ রে সা | কল্যান | ঔড়ব |
| ১৩ | দেস | সা, রে ম, প, নি সা | | |
| | | সা নি ধ প, মপ, রে গ সা | খম্বাজ | সম্পূর্ণ |
| ১৪ | বিহাগ | সা গ, ম প, নি সা | বিলাবল | ষাড়ব |
| | | সা, নি ধ প, ম গ রে সা | | সম্পূর্ণ |

১৫ বাগেশ্রী সা নি ধ নি সা, ম গ ম ধ

নি সা। সা, নি ধ, ম গ, কাফী যাঙ্ক

ম গ রে সা। সম্পূ

মথক্তা পীরিবা রাগ ১৫ অসিগী মনুংদা বিহাগ অমস্থ বাগেশ্রীগী অকুপা মরমদি লাইরিক অসিদা পনজরে।



## লেখক্কী ফোঙ্‌লক্কদবা লাইরিকশিং ঃ—

১। স্বর চন্দ্রিকা।

২। রাগ মালিকা।

৩। শঙ্গীত মুক্তাবলি